খালসাপী অপোকপা

গুরু গোবিন্দ সিংহ

অহীং নুংথিল খায়দনা মহাক্কী মিংবু শোঞ্জরিবা, মশাগী চোকথদ্রবা মঙালগী ঈখৌলাংবা

কোক্কবা, পরমেশ্বর মহাক্তবু নত্তনা অতে অমগী বাখল তৌদ্রবা;

নুংশিবা, থাজবা অপূম্বা পরমেশ্বরদা থমজরবা, শোয়দুনা ফাওবা থাজবা খক থম্নলুদ্রবা

ব্রত তৌবদসু নত্রবগা কবর, সম্মশান, যোগীশিংগী লাই ফমদা পূজা তৌরুদ্রবা;

অমখক্তা নৈবা পরমেশ্বর মহাক্তবু শকখঙজবা, তীর্থ যাত্রা তৌবদা, ভিক্ষা দান হাপ্পদা,

জীব হিংসা তৌদবদা, হিন্দুশিংগী ব্রত প্রায়শ্চিত পূম্নমক খল্লুদ্রবা;

অদুগা মহাক অদুগী থম্মোয়দা মপুং ফারবা মহাক্কী মঙালতনা শীঙ্খুংলিবা অদুগুম্বা

মহাক্তুবু খালসাগী অশেংবা সদস্যনি হায়না শকখঙগনি।

*খালসাবু মশক তাকপা গুরু গোবিন্দ সিংহগী* 'অহানবা সবায়'

***Khalsagi Apokpa Guru Gobind Singh***

(Guru Gobind Singh : Father of the Khalsa)

A monograph in Manipuri on the life and activities of Guru Gobind Singh

written by B.S. Rajkumar and published in March, 2000

by Naharol Sahitya Premee Samiti, Imphal

Madhu Bhawan, Keishampat, Imphal - 795 001, Manipur

**Price** : Rs. 30/-








অহানবা ফোঙবা ঃ মার্চ, ২০০০

ফোঙজবা ঃ নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি,
মধু ভবন, কৈশামপাৎ
ইম্ফাল -৭৯৫ ০০১

মমল ঃ লুপা ৩০/-

নম্মম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ),
পাউনা বাজার, ইম্ফাল -৭৯৫ ০০১

# অহৈবগী ৱাৱোল

সিখশিং হিন্দুনি। ইসলাম অমসুং ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী চয়েৎনরবা নাউশুমদা থৌশাবিদ্রবা য়োকচবীশিংগী খুত্তা চাউরকপনি। লিরবা সভ্যতাগী উত্তরাধিকারীনি। শহর শেমগৎপদা হ্যাংলেংদবা, মনীং-মখা তম্বা ফংনবা হোৎনবদা থরায় থাবা পামুদবনি। গুরু নানকনা মীওইবগী অশেংবা আত্মাবু নানক-পন্থি শেমগত্তুনা মীৎকপ থোকহল্লম্মী। মতুং তারকপা গুরুশিং চমৎকার অমসুং পরমেশ্বরগী পীথোরকপা শক্তি চেনয়শিংনি। অহানবা ওইনা হিন্দুশিংগী, মীওইবগী হক্কীদমক্তা সহীদ ওইখিবসু মখোয়নি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই। অদুবু হিন্দু ধর্ম্মনা পান্দম য়ৌবা ওন্নরোইদবা উরক্তুনা মীচং-মীথাই নাইদবা, অফা-অপুন্নবা লৈতবা সিখ ধর্ম্ম অমসুং মীৎয়েং হৌদোরকখি। হৌজিক সিখ ধর্ম্মদি হিন্দুসু নত্তে, ইসলামসু নত্তে, মীওইবগী ধর্ম্মনি।

পুন্নমক অসি ১০শুবা সিখ গুরু গোবিন্দ সিংহগী মতমদা খালসা পোক্লকপা মতমদা অনৌবা শক্তম লৌরকখি। "খালসা" হায়বা ৱাহে অসিমক্তি কবীরগীনি— "কহো কবির, হম ভাই খালসে"। গুরু হর গোবিন্দ অমসুং গুরু টেগ বহাদুরনসু খালসা হায়রগা গুরুগী হেক মখাদা হকথেংননা লৈবশিংগা মসন্দশিংগী ধর্ম্ম পাউতাক মখাদা লৈবা সহলাঙ্গশিংগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা উৎনবা শীজিন্নখি। মসিবু অনৌবা অর্থ পীদুনা লাইনীংবা লাম্মী শেমগৎপিখিবদি তরাশুবা গুরু গোবিন্দ সিংহনি— মার্চ ৩০, ১৬৯৯ দা।

ঙসি খালসা পোকপগী চহী ৩০০ শুরকপা কুমজাসিদা করিসু খঙজদ্রবনা গুরুগী খুয়াদা, খালসাগী খুয়াদা থেংনজরব্বা থরদং নাৱানা সিন্দম্বগুম্না কৎচরি। সহৃদয় ওইবা অপাবশিংনা দোষ পুন্নমক ঙাকপিদুনা গুরুগী গুণতবু লৌশিনবিগনি হায়না আশা তৌজরি।

মার্চ ২০০০

মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল

বি এস রাজকুমার

# বাহৈ খরদং

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা চহী কয়া অসি লিশাং শিংনা সাহিত্যগী সেবা তৌদুনা লাকচরি। মসিগী শরুক অমা ওইনা মণিপুরগী খুৎমাবা অইবশিংগী মপোক কুমওন পালন তৌবা, মতম মতমগী ওইবা সাহিত্যগী ওইবা হীরমশিংদা খন্ন-নৈনবগী সভা শীনবা, মণিপুরগী অমসুং পৃথিবীগী মমিং লৈরবা অইবশিংগী সাহিত্য লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপনচিংবা অসিনি।

"খালসা পন্থ শেমখিবগী চহী ৩০০ শুবগী পালন" ভারত অমসুং পৃথিবীগী মফম কয়াদা চহী অমা চুপ্পা পাঙথোক্তুনা লাক্লি। চহীসিগী বৈশাখগী নোংমা পানবদা লোইশিনগদবনি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনসু অসিগুম্বা ঐতিহাসিক থৌদোক অসিবু ভারত সরকারগী ডিপার্টমেন্ট ওব কলচরগী মতেংগা লোয়ননা পালন তৌননবা হোৎনজরি। গুরু নানকজীদগী হৌরগা তরাশুবা গুরু গোবিন্দ সিংহ ফাওবদা চৎথরক্লিবা সিখ গুরুশিংনা মীওইবা জাতিগীদমক্তা পাঙথোকখিবা থবক-থৌরম কয়াবু অমুক নৌহৌননা নীংশিংজনবগী খুদোংচাবা ফংলি। মীওইবনা মীওইবগী মথক্তা তৌরকপা ওন্ন-তৈনবগী থবক, জাত-বিজাতকী বাফম কয়াবু কোকহন্নবগীদমক গুরু গোবিন্দ সিংহনা ওসিদগী চহী ৩০০ গী মমাঙদা "খালসা পন্থ" শেমবিখিবা অসিমক মীওইবা জাতিগী ইতিহাসতা য়াম্না মশেক মঙাল নাইরবা নুমীৎ ওইনা লৈহৌরগনি।

মণিপুরদসু পালনসি পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনজবনি। পালনসিগী শরুক অমা ওইনা "খালসাগী অপোকপা গুরু গোবিন্দ সিংহ" হায়বা লাইরিক অসিসু ফোঙদোক্লবা হোৎনজরি। লাইরিকসিনা সিখ ধর্ম্ম, মরু ওইনা গুরু গোবিন্দগী মশক মণিপুরী সমাজদা শরগীমখৈ খঙহনবদা মতেং ওইগনি হায়না নীংজৈ।

লাইরিকসিবু ইবিরিবা ঐগী ইয়াম্বা কবি, সাহিত্যকার অমসুং কৃতিক শ্রীবি এস রাজকুমার সিংহবু সমিতি অমসুং ইশাগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। সমিতিনা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ওজা অনী— ডা. এন. তোম্বী সিংহ অমসুং ডা. পি নবচন্দ্র সিংহবুসু সমিতি অমসুং ইশাগী মায়কৈদগী তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিকসিবু নম্বগী থৌদাং লৌবিরিবা পদ্মা প্রিন্টরসকী ইচিল-ইনাওশিংবু ঐহাক্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাং বিখিবশিংগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

**এল. উপেন্দ্র শর্ম্মা**

তাং ১১।৩।২০০০ জেনেরেল সেক্রেটরী

## হীরম লামায়

# য়ূম্ফম

কুইরবা মতমদগী হৌদুনা নোংচুপ থংবা ভারতকী ঙময়খৈদা লৈরিবা গন্ধার তম্পাক অসিনা ভারতকী ইতিহাসতা অচৌবা ভূমিকা লৌরকই। মফমসি ধর্ম্ম অমসুং সভ্যতা অনীমক্কী ঈতিনফম্নি। মফম অসিদনি তক্কশিলা বিশ্ববিদ্যালয় লৈরম্মা। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ঈচেলবু তরু-তরুনা, য়ানসিন্নহন্দনা ঙাক্তুনা থম্লকখিবা। মফম অসিদা থুংলখি ময়ায় থংবা এসিয়াগী লমদমদগী কোয়না চংপা আর্য্য কাঙ্গবু। মখোয়না মফমসিদা খুন্দাবা হৌরকখি। অদুবু মখোয়গী খুঙ্গংশিং অদুসু থায়নগী শহরশিংগী অকাই অতোই মরক্তনি। চহী কয়া চুপ্পা লাম্থেংনরবা তুংদা ঈশিং ঈচাওগী মতৌগুম ফূজীল্লকখিবা আর্য্যশিংদগী ঙাকথোকপা ঙমলক্তদুনা মফমসিদা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্বা মীওই কাংলুপ অদু ভারতকী খা থংবা লমশিংদা খুল হোংদুনা চংখখি। মখোয়গী মচা-মশুশিংনি লৌনরি হৌজিক্কী দ্রাবীড়। মখোয়গী সভ্যতা অদুবুনা সিন্ধু সভ্যতা হায়না খঙনরি। সিন্ধু তুরেল অমদি মাগী মশাশিংনা কোল্লিবা মফম অসিদা সভ্যতাগী য়ূম্বীনা মতমগী শাফু চৈথেং কয়া ফংলবসু চহীচা কয়া কয়াদগী খাঙদুনা লাকখিবনি। মফম অসিদনি ঋগ বেদ, গীতাগী হৌফম ওইখিবা, আর্য্য ধর্ম্মগী মরু হুনখিবা।

হান্না লৈরম্বা দ্রাবীড়শিংনা অমত্তং ওইবা ঈশ্বরদা থাজখি, অদুগা কোন্না লাকপা আর্য্যশিংনা লাইগী শকলোল ময়ামদা থাজবা থমখি। মমৈথংদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারত্তা তান্ত্রিক ধর্ম্মগী শকলোল লৌরকপগুম, আর্য্য ধর্ম্ম অসি ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী মশক লৌরকখি। মতম খরগী তুংদা লাকখিবা ইসলামগী আক্রমন অদু হিন্দু ধর্ম্মনা রাজনীতিদগী হেন্দোকলদুনা ধর্ম্মগী মায়কৈদগী ফাওবা থেংনবা ব্বারকখি। অসিগুম্বা মতমসিদা নানক কৌবা "মপূং ফারবা মীওই" অমা ঈশ্বরনা থারকপগুম সেমাইটিক অমসুং আর্য্য অনীমক্কী ধর্ম্মগী মীথয়েংশিংবু শীংনরদুনা মফমসিদগী চোংথোরকখি।

অহানবা গুরু ওইরগদৌরিবা নানক অসি সিন্ধু তুরেলনা কোল্লিবা লমদমসিগী ঈনি।

সিন্ধুগী তম্পাক্তা চাউরকখিবনি। মফমসিগী মীওইশিং শা-লান্দা কন-থৌবা, অইং-অশা খাঙবদা হৈনরবা মীওইশিংনি। মফমসিদা লাকখিবা নোংচুপ হারমগী মীওইশিং অসি হৌজ অমুক্তসু নত্তে। হরপ্পা অমসুং মহেঞ্জোদারো সভ্যতাগী থায়নগী মীওই কাংলুপ অদুবু মায়থীবা পীদুনা তকথোকশ্রবা তুংদা খুন্দারকখিবা আর্য্যশিং অদুগী মথংদসু অতোপ্পা আর্য্য শাগে মথং-মথং লাকখি। মখোয় শাগে মশেল অসি তত্তনা লাল শোক্কনম্মী। অদুনা শা-লান তৌবনা মখোয়গী মপুং ওইবা শিনফম ওইরককখি। মফমসি য়ৌরকপদনি অলেকজেন্দরনা অঙকপা ফংনা মায়োক য়াবা লানফম থেংনখিবা। নোংচুপ থোঙ অসি য়ৌদি য়ৌরকখি হায়ববু মখা তানা লানসীল্লকপা গুমখিদে। তুরেল মঙাল্পা কোনবা পঞ্জাব অসি মতম অদুদদি চাউরমশ্রবা লৈবাক্তী। মফমসিদগী থায়নথৈদা মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না আর্য্যশিংনা গঙ্গা তুরেলগী তোর্ব্বানগী পাক-চাউরবা, ভারতকী মপুং ওইরিবা লমদম অসোমদা অসুম শন্দোরকখি। লোয়ননা মতম কুইনা শান্তিদা লৈরকপা, চাথোক থপ্পা অমসুং থোইদোক্লা নুংঙাইহল্লবা অইং-অশাগী চাং ময়াম অসিনা মরম ওইরদুনা পুন্সী অমসুং হিংবদা, আত্মা অমসুং পরলোক্কী মরমদা হেন্না-হেন্না বাখল খুমাঙ চাওশিলহল্লকখি। ধর্ম্মগী কুপ্পবা মশকশিং অমদি অহিংসাদা হেন্না মায় ওনশিল্লকখি।

অরাং নোংচুপ থংবা সিন্ধু তম্পাক্কী লমদম অসোমদদি আর্য্যশিংগী মমাঙগী সভ্যতা অমসুং আর্য্যশিংগী মতমগী সভ্যতা অনীগী অপূনবা মশক অমা শাগৎলকখি। হান্না লৈরম্বা মীওইশিং অসি তাইবংপানগী ওইবা নুংঙাইবা পুন্সীদা হেন্না থাজবা থম্বা কাংলুপনি। মখোয় অসি শাইথিয়ন কাংলুপ হায়বদি ইরান মায়কৈরোমদগী লাকখিবশিংনি হায়না থাজনৈ। হান্নগী মীওইশিং অসি শহর লিংখত্তুনা লৈবা কাংলুপনি। অকোনবা লাকপা আর্য্যশিংনা খুঙ্গংগী পুন্সী মরেন্দা হৈনরকপনি। অসুন্না পঞ্জাবকী লমদম অসিদা ইতিহাসকী খোঙলৈ তুংইন্না গ্রীক, চাইনীজ, মুসলিমশিংগী মমাঙগী টর্কশিং, ইবানিয়ন অমসুং শাইথিয়নশিংনা অমনা অমদা প্রভাব তাহন্নখি। মফমসিগী মীওইশিংনা নিংথৌ খনবগী মহুত্তা মখোয় মশানা খঞ্জবা মীহুৎশিংদা লৈঙাকপগী থৌদাং পুহল্লম্মী। নিংথৌ খনবসিদি আর্য্যশিংগী বাখল্লোম্নি। মূর্ত্তি লাৎপগী চৎনবীসিনা গ্রীকশিংগী প্রভাবতগী লাকখি।

মফম অসি মহৈ-মশিংগী মায়কৈদসু মরুওইবা মফম অমা ওইরকখি। মথক্তা পনখিবা তক্ষশিলা বিশ্ববিদ্যালয় অসি চাওখৎশ্রবা শিক্ষাগী কেন্দ্র অমা ওইরকখি। মফমসি অহানবদা ব্রাহ্মনশিংগী মহৈ তম্ফম ওইরম্মী; মথংদা বৌদ্ধশিংগী অমুক ওইরকখি। ধর্ম্মদা নত্তনা বিজ্ঞান অমসুং লায়েঙগী ওইনসু অচৌবা মহৈ তম্ফমনি। ব্যাকরন ইবা পানিনি, “যোগ সুত্র” ইরম্বা পাটঞ্জলী, লায়েঙবা চারক, হকচাং লেনবগী থবক তৌবা সুশ্রুত অমসুং রাজনীতি

লৈনবা চানক্য তক্ষশীলাগী পোথোক ওঙকনি। অসুম্না অমাং নোংচুপকী লমদমসিদা ধর্ম্মদা মপুং ফানা লূপ্নদগী তাইবংগী মশক হেক্তা কাউথোকপা হায়রবদু ওইখিদে। বুদ্ধগী মতমদা ঈশ্বর অমসুং আত্মাগী ৱাখল্লোনবু থুগাইবা হৌখি, লোয়ননা থাদোকপগী ৱাখল্লোন্দা যুম্ফম ওইবা ধর্ম্মগী লম্বী অমা পুখৎলকখি। বর্ণগী ৱাফম অসিসু মহাক্না য়াখিদে।

অমরোমদা মফম অসি জাতি কয়াগী ঈতিনফম্নি। খোঙহৌ নাইনা লাকখিবা মিশ্র, পারসী, শাইথিয়ন, টার্টার অমসুং গ্রীক মীওই কাংলুপশিংনা য়ুরোপ অমসুং ময়াম এসিয়াগী সভ্যতা, সংস্কৃতিবু থোক্ত হাংদোকপদা নত্তনা, চারৌ-মৌরৌনবগী থবকসু হেনগৎহনখি। ইতিহাসকী খোঙলৈ তুংইন্না মশক্নাইবা নিংথৌ কয়া মফমসিদা থোরকখি নৎত্রগা লৈরখি। মখোয়গী মরক্তা শীংথাবা য়াবশিংদি চন্দ্রগুপ্ত মৌর্য্য, মতুংপা অশোক—মহাক অসি তক্ষশীলাগী গবণর ওইরম্মী, পেশাবরদা পাল্লম্বা কনিষ্ক, পাটলিপুত্রদগী চেল্লকখিবা চন্দ্রগুপ্ত অসিনি। গুপ্ত সম্রাজ্য অসি ৪ এ.দি. য়ৌরকপদদি মপান্দগী হুনশিংনা লান্দারকপগা, লৈবাক মনুংদা অমগা অমগা লাল শোক্নরকপগনা মরম ওইরদুনা মচেৎ তাবা হৌরকখি। অসিগুম্বা ওাঙ্গা অসিগনি মুসলিম কাংবুনা হিন্দুস্তান্দা লান্দাবা হৌরকখিবসি।

অহানবা ওইনা ৭১১ এ দি দা অরব মচা মোহম্মদ-বিন-কাসিম্না লান্দারক্তুনা সিন্দ অমসং মুলটান্দা মতম খরতগী ওইনা পাল্লি। মথংদা ৯৭৭ এ.দি. দা পঞ্জাবতা জয়পালনা নিংথৌ ওইবিঙেদা সবুক্তাগিন কৌবা টর্ক অমনা অমুক লান্দারকখি। মহাক মতমসিদা ঘজনিদা মশাগী কোনুং লিংখৎলবনি। অহানবদা থোইনা মায় পাকখিদ্রবসু অনীরকশুবা ওইনা লান্দাবকপদদি সিন্ধু তুরেলগী নোংচুপ থংবা শকক অয়াম্বা লৌশীনখি। মহাক্কী মতমদা মসজীদ কয়া অমসু মফমসিদা লিংখৎপা হৌখি। মতুং তারকপদা মচানীপা মাহমুদনা লম্থুম খোম্নবগীদমক মফমসিদা হৌজ কয়ারক লান্দারকখি। ১০২৭ য়ৌরকপদদি গঙ্গা তুবেল মপান ফাওবা মহাক্কী লৈবাক শন্দোকলে। মরক অসিদা থাওগী ময়াদা হিন্দুশিংবু নমদুনা মুসলিম ওলহনবা, মন্দির থুগাইবা, মসজীদশিং পাক শন্না শাগৎপগী থবক চথবা হৌরকই।

ঘজনি সম্রাজ্য অসিবু মুহম্মদ ঘোরীনা শমথরকখি। মতুংদা কুতব উদ্দিন আইবক্না লাহোরদা অহানবা মুসলিম নিংথৌ ওইনা ফম্বাল কাখি। অদুবু মতম খরা লৈরগা দিল্লীদা মশাগী কোনুং হোংলকখি। লানঙম্বদুগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা কুটব মিনার শারম্মী। মহাক্কী মতুংদা মীনায় শাগেনা দিল্লীদা পাল্লরবা মতমদদি মফমসি মহে-মশিং অমসুং ধর্ম্মগী কেন্দ্র অমা ওইরে। পঞ্জাবতি ১০০১ দা খুদুম চনত্রবনি। হৌজিক নোংচুপ মায়কৈদগী মখা তানা লান্দারক্লিবা শক্তিশিংবু থিংবিনবা লৈত্রে।

দরবারগী লোল মতম খরদি পারসীনা ওইরম্বদগী উর্দু হায়না খঙনবা লান্মীশিংগী লোল অমসু থোরকখি। মরকসিদা ১২২১-২২ দা মঙ্গোল চেঙ্গিজ খান্না ১৪ শুবা চহীচা ফাওবদা ভারত্তা তত্তুনা লান্দারকখি। অদুবু মমাকনীপা খালজী খাননা ইসলাম ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা ঘজনীগী মীচংদা লান্দারক্তুনা দিল্লী কোনুং লৌশীনখি অমসুং খালজী শাগে লিংখৎখি। মরকসিদা তোগলক শাগেনা অমুক মতম খরা পাল্লম্মী। মখোয়না মঙ্গোল নৎত্রগা মোগলশিং অসিবু তেল্লবা মতম খরগী ওইনা তকথোকপা ঙমখ্রবসু, ১৩৯৮ দা সমরকন্দগী মোগল তাইমুরনা লান্দারকপদদি মায়থীবা পীবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী মতমসিদা ঈগী লৌখোং চেনখি। পঞ্জাবকী তুলম্বা, দিপালপুর অমসুং ভাতনের কৌবা লমশিং অসি খুন্তাক লানশিখি। মীফা লখা অমা হাৎখি। হিন্দু নুপী লীশীং কয়া পাক শন্না তাইমুরগী লান্মীশিংনা ইজৎ মাঙহনখি। জম্মুগী হিন্দু নিংথৌ ফাওবা নমদুনা ইসলাম ধর্ম্ম লৌহল্লি। তাইমুর মতম খরা লৈরগা অমুক হনখি।

তোগলক সম্রাজ্য অসি খা ভারত য়ৌনা শন্দোক্লম্মী। অদুবু ১৪১৪-৫০ ফাওবা মাথা য়াওদবা সৈয়দ কাংবুনা নিংথৌ ওইদুনা অমুক পানখি। সৈয়দশিংদগী ১৪৫১ দা পঞ্জাবকী গবর্নর বাহলোল লোদীনা অমুক মুন্দুনা দিল্লীদা পাল্লখি। হিন্দু নিঙোন্না পোকপা মচানীপা সিকন্দর লোদী (১৪৮৮-১৫১৭) গী মতমদদি ধর্ম্মদা মীচং-মীখাই নাইবগী থবক য়াম্না কনখৎলে। মথুরাগী হিন্দু মন্দির থুগাইদুনা মসজীদ শাগৎলী। ঘাট কুমদুনা হিন্দুশিংনা ইরুজবা য়াহন্দে। তীর্থ মফমসিংদা হিন্দুশিংনা কোই ককপা, লু কোকপা য়াহন্দে। ইসলাম লৌ হায়বা য়াদবা মীওইশিং মঙক কক্তুনা হাৎলী। মচানীপা ইব্রাহিম লোদী (১৫১৭-১৫২৬) অসিনা অমুক্কা হেন্না ফৎখিদ্রে। অফগান অঙম-অথৌশিংগী মরক্তসু অয়াম্বনা মহাকপু য়ানরমদে। মখোয়দুগী মনুংদা মতমদুদা পঞ্জাবকী গবর্নর ওইরিবা দৌলত খান লোদী অসিসু অমনি। মহাকপু নুংশিদবদগী দৌলত খান্না কাবুলদা মী থাদুনা তাইমুরগী মশু-শুথাং বাবরবু দিল্লীগী মথক্তা লান্দানবা বার্তণ তৌরম্মী। লানফম অন্থম মরিরক হোৎনরবা মতুংদা ১৫২৬ তা মায় পাক্লদুনা দিল্লীদা মোগল শাগেনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লরে। মখোয়গী লৈঙাক অসি চহী চহুম খরা হেন্না চখগদৌরিবনি। মসিগী মনুংদা অহানবগী চহী ২০০ মুক্তি সিখ গুরুশিংগা অফবা মরী থম্নদুনা পানখি।

সিখশিংগী অহানবা গুরু নানক রায় (১৪৬৯-১৫৩৯) লোদী শাগে অমসুং বাবরগী মতমগীনি। মখা তারকপা ওইনসু অতৈ তুংদা লাক্কদৌরিবা গুরুশিংগা বাবরগী মচা-মশুশিংগা তত্তুনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা মরী লৈনরকখি। অসিগুম্বা মরী অসি তরাশুবা গুরু গোবিন্দ সিংহগী মতম ফাওবদনি।

মুসলিমশিংনা ভারত্তা মীৎয়েং থম্লকপা মতমসি মখোয়গী ওইনা য়াম্না খুদোংচাবা মতমনি। মরমদি মতমসিদা হিন্দুমখে জাৎ অনেম-অরাংগী, শাগে মশেল নুংশিনদবগী, ধর্ম্মনা থবক্তগী রাখল্লোমদা হেন্না মায় ওনশীনবগী মতম ওইরম্মী। মরম অসিনা থাঙগী ময়াদা ধর্ম্ম অমসুং লম শন্দোকপা পাম্বা লোংচুপ মায়কৈদগী খুল্লোরকপা মীওই কাংলুপশিংদুগা মখোয়না লম্বা পাবা ঙম্লমদে। অসুম্না ইসলাম ধর্ম্মনা ভারত্তা মরা তাবা হৌরকখি। লোয়ননা লম অসিগী লৈহাও য়াওনা শাগৎলবা ধর্ম্ম হায়বদু ওইরক্লম্মী। অসিদসু নত্তনা হজরত মোহম্মদকী মতুং ইনবদগীদি কোনুংগী নুংঙাইবনা হেন্না থুমহৎখিবগুম তৌবা মতাংনি। নিংথৌবু জিলে ইলাহী কৌদুনা লাইগুম রাংনা থমলে। হিন্দুশিংসু হিন্দু ওইনা মুসলিম নিংথৌগী দরবারদা থবক তৌবা য়াওরে। হিন্দু মুসলিম অনীমক্তা ধর্ম্মগী মনুংগী রাদা মনুং য়ৌনা লুপশীনবগী মহুত্তা, মশাগী ফীবম শেম্বনা খরা হেন্না মাঙজীন থানা থম্লরকপা মতমনি। তৌবদবু হিন্দুশিংবু মতম-মতমগী ওইনা ওৎ-নৈবা অদুমদি তোক্তে।

অসুম্না হিন্দুনা ধর্ম্মনা মরাই চাইথরক্লবা, ইসলামনা লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইরক্লবা মতম অসিদা সিখশিংগী ধর্ম্ম গুরু ওইরগদৌরিবা নানক ১৪৬৯ দা পোকখি। মহাক অসি ভোই তুরেন্দা নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা ইরোম্নুংদা লৈখিবা মীশক্নি। হায়রিবা মতমসিদা ভগবানগী মফমদগী — 'নাম' (হিংবগী অপূনবা মশক্তা অমত্তা ওইবা), 'দান' (থম্মোয় চাউথোকপা), 'ইস্নান' (লমচৎ লূবা), 'সেবা' (ইশাগী খন্দনা থবক তৌবা) অমসুং 'সিমরন' (ভগবানবু নীংজবা) গী শিক্ষা অসি ফংখি। অসিগুম্বা শিক্ষা অসিবু মশানা য়ানা লৌজরবা মহাক্কী তুংইনবশিং অদুবু শিক্ষা নৎত্রগা শিখা ফংলবা শিষ্য হায়বদি 'সিখ' অসুম্না কৌনখি। ভগবান্না নানক্তা অসুম্না তাকপীখি - "নানক, ঐগী হুকম ফংলবনিনা, নহাক্তা আশীর্ব্বাদ তৌবা মীদু ঐনসু তৌরবনি। ঐগী ইমিংদি পরব্রহ্ম-পরমেশ্বর কৌই, নহাক্কীদি গুরু পরমেশ্বর কৌগনি।"

গুরু নানকনা পঞ্জাব খক্তদা নত্তনা অথাপ্পা লৈবাক কয়াদা কোয়না চত্তুনা মঙোন্দা পরমেশ্বরনা পীনরকপা জ্ঞাণ অসি মীয়ামদা তাহল্লম্মী। মাগী শিষ্যশিংগী মরক্তা হিন্দুশিংদা নত্তনা মুসলিম কয়াসু য়াওই। মহাক্তি হিন্দু মুসলিম খায়রমদে— 'না কো হিন্দু, না কো মুসলমান' মহাক্কী রাহৈনি। মরম অসিদগী মুসলিম অমসুং হিন্দু অনীমক্তা মহাকপু য়ানিংলমদে। গুরু নানক্কী মীৎয়েংদি পূম্নমকপু নুংশিবনি। ধর্ম্ম অমা চৎনহন্নবগীদমক্তা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংবু হাৎপা-তুপ্পগী থবক মহাক্তা য়াদে। অদুনা ঈশ্বরগী লম্বীদা লমন খুম্বা হায়বদুদি 'মলেছ' অদুবু হাৎপনা ওইদে, মঙোন্দা য়াওজরিবা অশেংবা অফবা মশক অদুবু খঙহনবনা শক্কদবনি অসুম্না তাকপীরম্মী।

মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মশক্তি য়ানদ্রিবা হিন্দু মুসলিম অনীগী ধর্ম্মবু পুনশীন্দুনা অনৌবা মশক অমা পীবদা নত্তে। ধর্ম্ম অনীসিগী মপাঙ্গোংগী ওইবা মশকশিংবু য়ানীংদবা ফোঙদোকলে হায়রগা মখোয়গী মনুংদা য়াওরিবা অফবা শক্তমশিং অদুবু নৌহৌনা হেন্না মরেপ লুবা অমসুং পাক চাউবা অর্থ অমা পীবদুনি। হিন্দু মুসলিম অনীমক্তা অমত্তা ওইনা ঈশ্বরগী পাউজেল পীরি; অদুবু গুরু নানকনা অমত্তা ওইবা মীওইবগী মশকপু তাইবংদা পুথোক্কুনা উৎলী। মুসলিম সুফি অমসুং হিন্দু বেদান্ত অনীগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌনবগী লম্বী অমখক্তনি হায়না উৎলিবদু, নানক্কী মীৎয়েংদা ওন্ন-তৈনবনি, য়ানিংদে। মহাক্কী ওইনদি লম্বী খুদীংমক ঈশ্বরগী খুয়াদা য়ৌবা ঙাক্তনি। ঈশ্বর নৎত্রগা খোদানা বেদ নৎত্রগা কুরান খক্তদা অরোইবা অশেংবা মশকপু উৎপী হায়না লৌবদু নানকনদি যুগ খুদীংদা পরমেশ্বরনা মশক উৎপীরি অসুন্না তাকখি। অচুম্বা অদুদি মশক হোংদবনি, অদুবু মতমগী খোঙলৈ, অপাম্বা মতুংইন্না মসিগী ৱাহঙ্গোক অমসুং শাদোংগী মশক্তি হোংই। "পরব্রহ্ম-পরমেশ্বরনা অহানবদা নুংশিৎ শেম্মী, মদুদগী ঈশিং ওইরকই, ঈশিংদুদগী সংসার অহুম ওইরকই, মদুগী মনুংদা মীওইবগী সংসার অসিসু অমনি।" "পরমেশ্বরনা মহাক্কা নুংশিবা মীওইবা কাংলুপ অমখক্তদা থৌজান মীৎয়েং পীনবিবা নত্তে, তাইবংমী পুম্নমক্তা মান্ননা থৌজানবিরি।" " মহাক্কা অমুক্তদা পীনবিগদবা পুম্নমক সংসারসিদা পীবিরম্লবনি।" "তাইবংমীতনা পরমেশ্বরগী পোৎলমশিং অসিবু মুন্না থিদোকচরগা অফবশিং অদু পুনশীন্দুনা লৌশীনগদবনি অমসুং মান্ননা য়েন্নগদবনি।" নানক্কী অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসিনা তাকপীরি মদুদি ঐখোয়না ইশাগী অৱাবা তারবা ফীবমদা ঈশ্বরবু নিন্দা তৌগদবা নত্তে; মরমদি মহাক্কদি পীগদবা পুম্বা পীবিরম্লবনি। অফবসু ফত্তবসু ঐখোয়না থিজদুনা মশক খঙনবা হোৎনগদবনি। ইশাগী আত্মনা ইশাগী নাপলবু মায়থীবা পীবা ঙমগদবনি। অদু ওইরবদি মতম চুপ্পদা তপথবা, অইংবা, মহাশান্তি ফংগনি। মতমগী ঙমখৈদগী নাঙ্গোকপা ঙমজগনি। স্বর্গদি মফমসিদসু লৈ।

খাঙুথক্কী ওইবা পুন্সী অসিগী পান্দমদি ইশাদা য়াওরিবা অকরুবা মতমগী ৱাখল অসিবু মতম লৈতবা অদুগা পুনশীন্নবা হোৎনবা অদুনি। মসি ফংনবগীদমক্তা পুন্সীবু মাগী অথীবা, ফজবা, অইংবা, অশাউবা মশক পুম্নমক অসিগা কোন্ননা লৌশীনবা — মদুসু ইশাগীদমক্তা নত্তবা, লৌশীল্লিবদু অতৈ অতোপ্পগীদমক্তা পাঙথোক্কদবা, অদুগা অথোইবা ওইনা তৌরিবা পুম্নমক্তু ইবুংঙো মহাক্কী মিংদা পাঙথোকচবা ওইগদবনি।

মরম অসিনা তাইবং মীওইবদি "মীদগী লাইগী মগুণ চেনবা মী ওনবা ঙম্মী"— হায়রিবসি নিৎচেগী মতৌগুন্না শক্তি চেনবা মী অমা ওইরগা অতৈবু নমথনবা নত্তে, পুক্নীং

অমসুং আত্মা য়াওজরিবা মী মহাক অদুমক্তা মশানা মশাবু লাকশীঞ্জনবনি। মরম অসিনা নীপা নুপী হায়বা লৈতে, মীওইবগী পুন্সীদি শেংখ্রবা পোৎশকনি। পুন্সী অসে পাপ্তগী হৌরকপসু নত্তে, অরোইবা বিচার অমা ঙাইগদবসু নত্তে, স্বর্গ নরক অনীমক মফমসিদা লৈরবনি। ধর্ম্মগী বিধি বিধান, চৎনবী নিয়ম, ফিজেৎ, চাবা য়াবা য়াদবা, সমাজগী ওইবা চৎনবী পূন্নমক অসে কান্নদবনি, আত্মাগী ওইবা পুন্সী অদুদগী তোঙান্না থন্নবদা ভগবানবু পূন্নমক অসিনা কৈদৌঙৈদা পেলহনবা থক ঙমদে। ঈশ্বরদি লাইরিক্তা য়াওদে। মহাক্তি খঙবনি অদুসু ধর্ম্ম অমগী মতুংইন্না নত্তে। মহাক্কী শীঙ্খুংনা লৈরিবা মশক অমসুং থৌজালবু মফম মতম খুদীংদা পুক্কীংদা ফাওজবা ঙম্বা অদুগী মপান্না ঈশ্বরবু খঙজগদবনি।

গুরু নানক্কী ধর্ম্মগী ওইবা মীৎয়েং অসিদি অসুক্কী মতীক পাক-চাউখ্রে। অতৈ ধর্ম্ম অমগী ৱাখল্লোন অদুদগী থোইদোক হেন্দোকপা মশক্কী কুয়োম অমনা শেমগৎখ্রবনি। গুরুগী অরোইবা পুন্সীগী তাংকক্তি রবি তুরেলগী য়েৎথংবা তোর্ব্বান্দা তাবা কর্তারপুর কৌবা খুঙ্গংদনি। তীর্থ যাত্রিক্কী ফীজোল থাদোক্তুনা য়ুমগী নীপা অমগী ফিজোল শেৎলে। মাগী নুপী অমসুং মচা অনীসু হান্নমা মফমদুদা লৈরবনি। মফমসিদা মহাক্কী মুসলমান তুংইনবা মরদানা থৱায় থাখি। নানক্তা ঈশৈ শক্লগা মরদানানা রবাব হায়বা পুংদু য়ৈবনি। ঙসীসু সিখ মন্দিরশিংদা হিন্দু অমদি সিখ কলাকারশিংগুম্না মুসলিম রবাবীশিংনা পুং য়ৈরি।

করতারপুরদা লৈরবা মতমসিদা অনীশুবা গুরু ওইরক্কদৌরিবা ভায় লেহনা লাকখি। মহাক বৈষ্ণো দেবী খুরুমজবা লাকখিবনি। গুরুবু উন্নজবদগী মহাক্কী মতীক মগুণনা শুমহৎখিদুনা গুরুগী পুন্সী লোম্বা ফাওবা সেবা তৌজখি। গুরু নানক্তা পুন্সী লোইদৌরে হায়বসি খঙলবদা মহুৎশিনবা গুরু অমা খন্নবা মী থিবা হৌখি। মহাক্তা মচানীপাদা গুরু হেক্তমক ওইহনবদু পাম্লমদে। মরমসিদগী চাংয়েং কয়া তৌরম্মী। চাংয়েংশিং অসিদা খ্বাইদগী মায় পাকপদি লেহনা অসিনি। গুরুনা লেহনাবু মহাক্কী মহুৎশিনবনি হায়না লাউথোক্লবা তুংদা, ফমহন্দুনা মহাক্কী মাঙদা য়ুবী, পৈশা অচোইবা দক্ষিনা কৎচদুনা মরিরক হন্না কোয়রগা কোক্তা অশেংবা থাউনা নাম্ফুখি। অসুম্না লেহনাবু অনীশুবা গুরু খল্লে হায়বসিবু সমর্থন তৌবা ওইনা গুরুনা হায়দুনা অচানবা শিষ্য ভায় বুদ্ধনা লেহনাগী লাইবক্তা তিলক নমখি। অসুন্না গুরু নানকনা মথংগী গুরু খনবা ফাওবদা ময়ামগী অয়াবা য়াওনা খনখি। লেহনাবু গুরু খল্লবা মতুংদা গুরু অঙ্গদ হায়না কৌনখি।

গুরু অঙ্গদ (১৫০৪-১৫৫২) য়াম্না চম্বা পুন্সী লেনখিবা সিখ গুরুনি। মহাক্তা ধর্ম্মদা নত্তনা নহাশিংবু মশা মউ ফনা থম্নবা চেকশীন্না শাজেল তৌহল্লম্মী। লৈজবা পূন্নমক কখোকপদা হালেঙবা লৈরমদে। যোগগী লম্বীদা চঙনবা হায়রুবদা গুরু নানক্কী ৱাহৈদা—

মী ওইনা পোক্লগা মীওইবগী মরক্তা লৈদুনা সেবা তৌনীংঙ্গবদি কুইনা হিংদুনা করি কান্নি, অসুম্না পাউখুম পীখি। অসুম্না হায়নৈ মদুদি বাবরগী মচা হুমায়ুন অসি লানফমদা মায়থীদুনা চেল্লক্লবদা গুরুনা মায়পাকপগী বর পীবিখি। মরম অসিদগী হুমায়ুন্না দিল্লীগী খুবম ফংলবদা গুরুগী মতেং পংবা পাল্লম্মী। অদুবু মতমদুদদি গুরু অঙ্গদদি তাইবংপান থাদোকখ্রে।

মহাক্কী মতুংদা লাকপা অষ্টমশুবা গুরু অমর দাস (১৪৭৯-১৫৭৪) অসি গুরু অঙ্গদগী মফমদা থবায় লুপচরবা শিষ্য অমা ওইরকই। মশাগী চহী ৭২ শুবদা গুরু ওইবনি। মহাক্কী মতমদা গুরু নানক্কী মতমদগী হৌনা লৈরক্লবা লঙ্গর, অপূনবা চাকখুম কায়দনা লিংই। গুরু অমর দাসনা বৈশাখী, মাঘী অমসুং দিৱালীগী নুমীৎশিং অসিবু থাগ্গা নকপা লৈতনা সিখশিংনা গুরুগীদা পূনগদবা নুমীৎ ওইনা লাউথোক্তুনা নিয়ম নাইহনবা হৌখি। মহাক্কী মতমদা 'মসন্দ' হায়বদি থৌপুবশিং হাপ্পা হৌখি। মতাংসিদা নীংশিংবা য়াবদি সিখশিংনা অনৌবা শহর লিংখৎপা অসিবু ধর্ম্মগী শরুক অমা ওইনা লৌনৈ। মসি ইতিহাসকারশিংগী মোত তুংইন্না, সিন্ধু সভ্যতাগী শহর লিংবগী মশক অদুগী মখা শমথবনি হায়নসু লৌনৈ। গুরু অঙ্গদগী মতমদা গোইন্দৱাল শহর লিংখৎলম্মী। গুরু অমর দাসকী মতমসিদা মহাক্কী অচানবা শিষ্য জেথাদা তাকপীদুনা অনৌবা শহর অমা লিংখৎহনখি। মদুদা অচৌবা পুখ্রী অমা তৌহনখি। পুখ্রী অসি হৌজিক্কী অমৃতসর অসিনি। সনাগী মন্দির লৈরিবা মফম অসিনি গুরু অমরদাসকী মতমদা লিংখৎখিবসি। গুরু অসিবু মোগল নিংথৌরেল অকবরনসু য়াম্না অৱাংবা থাক্তা থমখি। অমর দাসনা মমাঙগী গুরু অনীগী খুৎইশিং, মশাগী খুৎই অমসুং হিন্দু অমদি মুসলিম ধর্ম্মগী মরুওইবা খুৎই কয়া পুনশীলহল্লম্মী। মসিদগী মঙাশুবা গুরু অর্জ্জুননা আদিগ্রন্থ শেমগৎখি হায়না লৌনরি।

গুরু অমর দাসনা হৌনবী মতুংইন্না জেথাবু গুরু রাম দাস (১৫৩৪-১৫৮১) মিঙ্গৌদুনা সিখশিংগী মরিশুবা গুরু লাউথোকখি। মহাক গুরু অমর দাসকী মচানুপী অতোম্বী লৌই। মচানীপা অহুমনি— পৃথী চন্দ, মহাদেব অমসুং অর্জ্জুন দেব। মহাক্কী লাইশোন শৈরেংশিংসু আদি গ্রন্থদা য়াওই। গুরুনা অরোইবা য়াহিপ তানগদবা নুমীত্তুমক্তদা (সেপ্তেম্বর ১, ১৫৮১) মচানীপা অতোম্বা, মহাকপু গুরু ওইনা থোইদোক্লা নীংজখ্রবা অর্জ্জুন দেবদা গুরু খুভম শিন্নরমখি। মঙাশুবা গুরু অর্জ্জুন্না (১৫৬৩-১৬০৬) অমৃতসরগী পুখ্রীগী ময়ায়দা হরিমন্দির (সনাগী মন্দির) শাগৎখি। হিন্দুনা নোংপোক্তা, মুসলমান্না নোংচুপ্তা ওনবগী চৎনবীদুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাক্লা মন্দিরগী মায়কৈ মরিমক্ক থোঙ হাংখি। মিস্ত্রি অমনা যাত্রা ওন্ননা হুম্লম্বা থেংনবদা গুরুনা লাইফাও তৌখি— "ৱারুন্নু, মন্দিরসি অমুক শারখিনি।"

হায়বগুম্লদুনা ১৭৬২ দা অহমদ শাহ অব্দালীনা মন্দিরসি থুগাইরম্মী। অদুবু চহী অনীগী তুংদা শিখ লাম্মীনা অমুক লাল্ল ভমদুনা শাগৎখি। গুরুনা তরন তারন কৌবা শহর অমসু লিংখৎখি, মথংদা করতারপুরসু লিংখৎলম্মী। গুরু অর্জ্জুনবু ময়াম্বা পৃথি চন্দনা মফম মুনগদবগী কন্না হোৎনখি। গুরুনা পোকচবা হরগোবিন্দ ফাওবা হু পীজদুনা হাৎনবা তৌরম্মী। গুরুনা হরগোবিন্দবু ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মহৈদা নত্তনা শা-লালগী বিদ্যাসু মপূং ফানা তম্বীখি। মহাক্কী মতমদা মশামক চত্তুনা গুরু অমর দাসনা পোকচবা মচানীপা মোহন্দগী গুরুনা খোমজীল্লম্বা লাইরিক অদু নিজদুনা পুরক্লগা আদি-গ্রন্থ শেমগৎখি। অহানবদা লাইরিক অসি "পোথী সাহিব" কৌরম্মী, আগষ্ট ১৬০৪ দা মন্দিরদা লেঙশীনখিবনি।

গুরুগী থবকশিংদা অকবরনা পেনখ্রবসু মচানীপা জহাঙ্গীরনদি য়েক্লবগী ৱাখল চেল্লম্মী। মহাক্কী মচানীপা খুসরোনা লালহৌবগী থৌদোক অমা মতমসিদা থোকখি। খুদোং চাবসি লৌরগা খুসরোগা খূৎশম্নে হায়বনচিংবা মরাল কয়া শীজিনদুনা গুরু অর্জুনবু ১৬০৬ কী মে থাদা ফাখি। নুমীৎ মঙানী চুপ্পা ২৪-২৯ ফাওবা ওৎলগা মে ৩০ দা নোংমনহনখি। অসুম্না হিন্দুস্তান পৃম্বদা ধর্ম্ম অমসুং মীওইবগী হক্কীদমক গুরু অর্জুননা অহানবা শহীদ ওইখি।

গুরু অর্জুনবু জহাঙ্গিরনা হাৎখিবসি মুসলিম কয়া কয়ানা মহাক্কী মতুং ইনবা হৌরকপদগীনি হায়বসি ময়েক শেংলবা ৱাফম ওইরে। হৌজিক সিখশিংগী তরুকশুবা গুরু অসি গুরু অর্জুনগী মচানীপা গুরু হর গেবিন্দ (১৫৯৫-১৬৪৪) না ওইরম্মী। মহাকপু জহাঙ্গীরনা ফাদুনা শ্বালিয়র কিলাদা চহী তরুক মুক থমখি। থাদোরক্লবদা সিখশিংবু ধর্ম্ম অমসুং শা-লালগী শিক্ষা পীবা হৌখি। মশামক থাংশাঙ অনী য়াল্লম্মী— অমনা ধর্ম্মগী, অদুগা অমনা লৈবাক্কী থৌ পুবগী। মহাক্না লাম্মী শেমগৎপা হৌখি। গুরু হর গোবিন্দনা খুভম ফংবগা সনাগী মন্দিরগী মায়োক্লবদা অকল তখতকী যাত্রা হুন্দুনা শাগৎপা হৌখি।

গুরু হব গোবিন্দগী মতমদা শাহ জহান্না নিংথৌ ওইরকখি। মোগল লাম্মীগা গুরু গোবিন্দগা ১৬২৮ দা খূৎ থোক্লখি। লানফম অনীরক থেংনবদা মোগল লাম্মী মায়থীখি। ১৬৩১ দা থেংনখিবা গুরুসরগী লানফমদসু গুরুনা মায় পাকখী। অসুম্না মপূং ফাবা গুরুগী মথৌ পাংথোক্লম্লগা ১৬৪৪ দা চহী ১৪ দা ঙায়রিবা মশুনীপা হরি রায়দা গুরু খুভম শিন্নরমদুনা তাইবংপান থাদোকখি।

তরেৎশুবা গুরু হরি রায় (১৬৩১-১৬৬১) অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না মীনুংশি খঙবা, গুরু মশক খঙনা চৎপা শিষ্য অমা ওইরকখি। মহাকসু শগোল লাম্মী তেঙ্গোল অমা শেমগৎলম্মী। শাহ জহান্না পোকপা মচা অহল দারা শিকো অসি মনাওনীপা ঔরঙ্গ

জেবনা কৈ মকোইগী উৎ পীজদুনা লায়েঙবা ঙমদনা নারবদা গুরু হরি রায়না হীদাক অমা থাদুনা ফহনখি। মহাক্না মীগী থম্মোয়বু শোকহন্দনবা ঙম্লিবমখৈ হোৎনজখি। ঔরঙ্গজেবনা নাদুনা লৈরিবা মপা শাহ জহানবু ফাদুনা কৈশুমশংদা থমগ্রবা অমসুং ময়াম্বা দারা শিকোবু হাৎলহনগ্রবা তুংদা, দারাদা চঙজফম পীখি হায়বগী মরালদা গুরু হরি রায়বু দিল্লীদা কৌখৎলম্মী। গুরুনা মচানীপা অহল রাম রায়বু থারম্মী। মচানীপা অহল অসিনা মোগল নিংথৌরেন্দা নপচবা অমসুং গুরু নানক্কী ৱাহৈশিংবু মশা শোক্তনবা মওংদা লান্না অর্থ হনবগী পাউ তাবদা পুল্লী চুপ্পগী ঈষ্টোকখি। গুরুগী অরোইবা তুমখুন তাদ্রিঙৈদা চহী তরুক্তা ঙায়রিবা মচানীপা গুরু হরি কৃষণদা খুভম পীবিরম্মী।

হরি কৃষণ (১৬৫৬-১৬৬৪) সিখশিংগী নিপানশুবা গুরুনি। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশ্বরগী ধ্যান্দা লুপ্তুনা লাকই। ময়াম্বা রাম রায়না মহাক্কী মায়োক্তা ৱাকৎলবদা খুদোংচাবা লৌদুনা ঔরঙ্গজেবনা মহাকপু দিল্লীদা লাক্নবা হায়রম্মী। নাকল অনীমক্কী ৱা তারবা মতুংদা মহাক মশামক্কী ফীভম কয়া চেৎত্রিঙৈদা সিখশিংগা মূক্নবা ফত্তে খনবদগী ধর্ম্মগী মতাংদা খৎনবদা খুৎ থিংজিনবা পামদে হায়দুনা গুরু হরি কৃষণবু থাদোরকখি। গুরু অসি মশাগী চহী নিপান চঙলকপদা লাইথোকপদগী দিল্লীমক্তদা নোঙ্গাখি।

গুরু অসিনা নোঙ্গাদ্রিঙৈদা মথংগী গুরুদি বকালা কৌবা মফমদা থেংনগনি হায়বিরম্বদগী অহানবা ওইনা সিখশিংগী ইতিহাসতা অশেংবা গুরু খন্দোক্নবগী তাঞ্জা অমা লাকখি। মরম অসিদা গুরু হর গোবিন্দনা পোকপা টেগ বহাদুরগা ময়াম্বা গুরদিত্তানা পোকপা ধিরমলগা অনীসিগী মরক্তা য়েৎনবা অমা থোক্লম্মী। ধিরমলনা টেগ বহাদুরবু হাৎনবা থৌরাং ফাওবা তৌখি। কোন্নথংদা চাংয়েংনা মশক তাক্লবদা টেগ বহাদুরবু (১৬২২-৭৫) সিখশিংগী মাপলশুবা গুরুনি হায়না শকখঙখি। আদি-গ্রন্থদা য়াওরিবা গুরুগী শৈরোলশিংনা পৃথিবীগী ওইবা পোৎলমশিং অসিদা গুরুনা খোয়জংলুদবগী ৱাফম শন্দোক্লা য়াওরি। চৎনবী ওইনা গুরু টেগ বহাদুরনসু আনন্দপুর কৌবা শহর অমা লিংখৎখি। লম অসি বিলাসপুর রাজ্যগী নিংথৌদগী লৈবনি। গুরুশিংনা লিংখৎলম্বা শহরশিং অরৈবা লমদা লিংখৎখিবনি।

গুরু টেগ বহাদুরনা কুরুক্ষেত্র, আগ্রা, ইটাবা অমসুং প্রয়াগনচিংবা মফমদা কোয়না চৎখি। প্রয়াগতা লৈরিঙৈদা গুরুগী সহধর্ম্মিনি গুজরিগী সিয়োম্নুংদা অঙাং অমা তাইবং চার তমখি। মফমসিদগী গুরুনা বনারস চৎলম্মী অমসুং কর্ম্ম পূম্নমক মাঙই হায়নরিবা কর্ম্ম-নাশ তুরেন্দা চিংনেদনা ইরুজখি। ইমুং-মনুং পাটনা শহরদা মশেন্নুপা কিরপালদা শিন্নরম্নগা গুরুনা ঢাকা ফাওদুনা আসাম য়ৌরকখি। মফমসি গুরু নানকনা লাক্লম্বা অমসুং সঙ্গত

লিংখৎলম্বা অদুগী মতুংদা অতোপ্পা সিখ গুরু অমত্তনা য়ৌরকখিদ্রিবনি। অসামগী ধুবরীদা নীংশিং খুদম ওইনা চাউরবা লৈপুং অমা থোল্লমখি। মরকসিদা ১৬৬৬ কী ডিসেম্বর ২২ দা পাটনাদা মচানীপা অমা ফংখি।

মতম অসিমক্তি ঔরঙ্গজেবনা ধর্ম্মগী মিংদা অকিবা ফংলবা অত্যাচার চখরক্লবা মতম্নি। ১৬৭১ দগী ১৬৭৩ ফাওবগী মনুংসিদা গুরুনা আনন্দপুরদা হন্নকখি। মহাক্কী দর্শনগীদমক্তা হিন্দু মুসলিম খায়দনা মীওই কয়া কয়া লাক্লখি। সুনি ঔরঙ্গজেবনা হিন্দুশিংতা নত্তনা শিয়াশিংবুসু ওৎলম্মী। হিন্দুনা মুসলমান ওন্দ্রবদি মুসলিম নিঙোন লৌবা য়ারোই হায়বসিসু মহাক্কী মতমদা হৌদোক্লম্বনি। মহাক মশামকসু রাজপুত হিন্দু নিঙোনগী মচানি, অদুবু হিন্দু লাইশঙগী মূর্ত্তিশিং পুরক্লগা মসজীদগী সিরিদা ফুমদুনা থমখি। ১৬৬৮ দগী হিন্দুশিংগী সভাযত্রা অমত্তা চৎলহনখিদ্রে। অচৌবা ফম্লাইবা পূন্নমক মুসলমানশিংতনা শিনখ্রে।

১৬৬৯ দা আগ্রা অমসুং মথুরাগী জাত হায়না খঙনবা মীওই কাংলূপ অসিনা লাল হৌরকখি। অদুবু নমথদুনা মী ৫০০০ হাৎখি, ৭০০০ না নমদুনা ধর্ম্ম ওলহনখি। মে ১৬৭২ দা সতনামি নৎত্রগা মুন্দিলি হায়না খঙনবা মশীং থোইনা য়ামদবা হিন্দু কাংলূপসিনা লাল হৌখি। মখোয়বুসু তমথিনা নমথখি। খারোমদা মরাথা শক্তিবুসু নমথবদা মায় পাকখি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা কশ্মীরগী ব্রাহ্মণশিংবু ওৎপগী থবক হৌরকখি। মশীং থীঙমদনা হিন্দুশিংবু ইসলাম লৌহনবা হৌরক্লবদা, ব্রাহ্মণশিংবু হান্না ধর্ম্ম হোংহল্লু, অদুম তৌরবদি অতৈ থাক্কী মীওইশিংসু অসুম্মক ওল্লক্কনি হায়বা রাফম অমা থোরক্লম্মী। উপাই লৈত্রবা ব্রাহ্মণশিং অসিনা গুরু টেগ বহাদুরগী মফমদা চঙজরকখি। মখা তাবা ওইনা গুরুন্না ঔরঙ্গ জেবতা করিগুম্বা গুরু মশাবু হান্না ধর্ম্ম ওহলনবা ঙম্লবদি ব্রাহ্মনশিংসু ওনগনি হায়বা পাউ থাখিরম্মী।

তশেংবদি হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগীদমক্তা গুরু টেগ বহাদুরনা তৌখিবা বলিদান অসি অঙকপনি। সিখশিংগী হেনগৎলক্লিবা শক্তি উবদা মোগল নিংথৌরেলগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবসু কুইরবনি। হন্দক্তি তাঞ্জা অমা উরদুনা দিল্লীদা কৌখৎলে। নিংথৌরেলগী মাঙদা মঙোন্দা রাহং পাউখুম কয়ামুক তৌখি। মহাকপু "সচচা পাদশাহ" কৌরিবগী মরমদা হংবদা, "নিংথৌ খুদীংমক শিখিগদবা মক্তনি, ঈশ্বরগী রাহৈদি মূৎপা নায়দে" অসুন্না খুমখি। মহাক্না নিংথৌবু ধর্ম্মদা মীচং-মীখাই নাইবগীদমক্তা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা হায়খি— "হিন্দু ধর্ম্মনা ঐগী থাজবী ওইদবদি য়াই, বেদ, ব্রাহ্মণ, মূর্ত্তি, তীর্থ যাত্রা, যজ্ঞ কৎপা পূন্নমক ঐহাক্না থাজদবদি য়াই, অদুবু হিন্দু খুদীংমক্না মশাগী ঈকায়খুম্নবা ঙাক্না অমদি অপাম্বা

লম্বীদা চৎচনবগী অধিকার অদুগীদমক্তদি ঐহাক্না লাম্বেংনগনি। "ঔরঙ্গজেবনা "অমত্তা ঙায়রবা শেংলবা ইসলাম" ধর্ম্ম লৌদ্রিবা করিগীনো হংবদা গুরুনা খুমখি— "ঐগীদি ধর্ম্ম অমত্তনি— পরমেশ্বরগী ধর্ম্ম অদু ঐগীনি— হিন্দু মুসলিম হায়বা লৈতে; মসিদা তিল্লবদু ঐগীনি, ঐসু মাগীনি। অতোপ্পবু ঐনা নমদুনা ধর্ম্ম ওলহনবসু তৌদে, ইশাগী ধর্ম্ম হোংনবা নমফু শক্তিদা ইকোক নোনবসু তৌরোই।"

অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসিনা ঔরঙ্গজেবকী অচাকপা মৈরীদা খী হৈবা হায়বদু ওইখরে। নুমীৎ কয়ানি য়োৎকী শারংদা গুরুবু পীজ পীথক্তনা থম্মী। কান্নবা ফংদ্রবদা অমুক পুথোকই। হন্দক্তি মঙোন্দা চমৎকার অমা উৎনবা হায়। গুরুনা খুল্লম্মী— "চমৎকার হায়বসিদি প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী পাল্লিবা মকোক্তুগা অম্মানি; থাঙনা ইঙকসিদা য়াঞ্জৌ।" উপায় লৈত্রবদা ওৎপা য়াবা ওৎলগা গুরুবু হাৎনবা য়াথং ঔরঙ্গজেবনা পীখি। মহাক্কা লোয়ননা শিষ্য অহুমসু হাৎখী। মখোয়শিং অদুদি—ভায় মাটি দাস (হিংনা হোরায়না খায়খিবা), ভায় দ্যালা (হিংনা অশাবা ঈশিংদা লোনখিবা) অমসুং ভায় সতি দাস (হিংনা মৈ থাদুনা হাৎখিবা)। গুরুনা শিরবা তুংদা কিনবদগী হকচাংদু ফনা কুইনা লৌশীন্দনা লৈখি। অদুবু অহীংগী অমম্বদা ঈশিং হোনবা জাৎকী সিখ অমগা ফি মচু শংবা সিখ অমগনা লোন্না পুরকখি। মহাকপু মঙক ককখিবা মফমদুদা হৌজীক অরিবা দিল্লীগী ময়ায় ওইনা সিসগঞ্জ কৌবা মফমদা নীংথিরবা নীংশিং ফুরা শাদুনা থম্লে। অসুক্কী মতীক থাদোকপা ঙম্বা গুরু অসিনা পোকচবা মচা গুরু গোবিন্দনি খালসাগী অপোকপা ওইগদৌরিবসি।

অনীশুবা পন্দুপ

# ওল্লিনৈঙে পুন্সী

গুরু টেগ বহাদুরনা শহীদ ওইখিবা মতমসিদা তরাশুবা গুরু গোবিন্দ সিংহ (১৬৬৬-১৭০৮) চহী মাপল শুরকপদা ঙায়রি। মহাক পটনাদা পোকখিবনি। মপাইবুংঙোনা আসাম অমসুং বেঙ্গলদগী হল্লক্লবা তুংদা চহী অহুমলোম নাউকোল্লম্মী। মসিদসু নত্তনা, সংস্কৃত, পারসী য়াওনা সিখশিংগী লাইনীং অমসুং শা-লালগী অকুপ্পা বিদ্যা তম্বিনবা থৌরাং তৌরমখি। গুরু টেগ বহাদুরনা হিন্দুশিংবু কন্নবগীদমক্তা অশেংবা থম্মোয় চেনবা মীওই অমনা থৱায় থাদ্রবদি য়ারোইদৌরি হায়বসি মঙোন্দা ৱারী লীবদা, মপাগী ওক্তা কোন্দুনা মঙোন্দগী হেন্না থম্মোয় শেংবা মী লৈগনি থাজদে, অদুনা হিন্দুশিংগীদমক্তা থৱায় কৎপীয়ু হায়জখি অসুম্না হায়নৈ। মদু তাবদা পেল্লবা মপাইবুংঙোনা মচাদা মথংগী গুরু খুভম শিন্নরমখি।

গুরু গোবিন্দ রায়, কোন্না সিংহ হায়বসি ওনখিবনি, অৱাবা কয়া পীক্লিনৈঙেদগী হৌনা মায়োক্লরকখি। মোগল সম্রাজ্যনা তাথীরিবনি। শাগৈ-নাতৈনসু য়েংশিল্লি। গুরুগী থবক্তা মতেং পাংনবা হাপ্পা "মসন্দ" শিংগী তমথীবা মতৌ, লৌজনাম-পুজনাম, মসিগীসু মথক্তা অকোয়বদা লৈরিবা চীংগী নিংথৌশিংনা য়েক্লবগী মীৎয়েংদা য়েংলকপা পুন্নমক অসিবু নমহত্তুনা, তাল্লিবা পান্দম্মু ফংবা ওমজখিবা, মদুসু তেল্লবা পুন্সীদা— তশেংনমক অতাংবনি। নীংবু নীংলবদি, লম্বীসু লাকচৈ হায়বদু গুরুগী পুন্সী অমসুং থবক্না ময়েক শেংনা তাক্লবনি।

অমরোমদা গুরুগী খুদোংচাবশিংসু লৈতবা নত্তে। ভারত, শ্রীলঙ্কা, অফগানিস্থান,ময়ায় থংবা এসিয়া— শন্না হায়রবদা গুরু নানক্কী মিংনা য়ৌবা মফমশিংদা চাইনা তাথরিবা মহাক্কী তুংইনবশিং অসি গুরুগী মফমদা অঙকপা শ্রদ্ধা থমজবা ঙাক্লি। মায়কৈ খুদীংদগী গুরুগীদমক অথেনপোৎ লাকই। চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং ওইরবসু গুরুবু দর্শন তৌনবগীদমক য়ৌনরকই। গুরুগীদমক থৱায় থাদোকপা পামুদে। গুরুগী কৃপাদগী অরান খুবম ফংজবা

অদুখক মাখোয়না পামজে।

গুরু নানকনা সিখ লাইনীং হৌদোক্লম্বা মতুংদগী গুরু গোবিন্দ সিংহগী মতম য়ৌরকপা ফাওবদদি অওনবা কয়া লাক্লে। মসি মরু ওইনা হায়রবদা গুরুশিংগী তুংইনবা লাম্মীগী মশীং য়ামখৎলকপা অসিদনি। লাম্মী শেমগৎলকপা অসিসু থোইদোক্লা সিখগী লৈবাক অমা শেমগৎকে নৎত্রগা সিখ কৌবা জাতি অমা শেমগৎকে হায়বগী বাখল্দা পুরকখিবা নত্তে। অকোয়বদা লৈরিবা কলক-য়েংথী ময়ামদগী মশা ঙাকথোক্লবা, মশাগী সম্পত্তি ঙাক-শেন্নবা লোয়ননা মশা-মউ কন্না থম্নবগীদমক্তা পায়খৎপা থৌরাং অমগীসু মখাপোন্না ওইরকখিবনি। মরমদি সিখ গুরু শিংনা হিন্দু ধর্ম্মনা মরাই চায়থরকপগী মরুওইবা মরমদু লায়না খঙবা ঙমখি। হিন্দু ধর্ম্মদি অহিংসাগী মায়কৈদা হেন্না চংশীনখিবা, জাৎ অনেম-অৱাংগী লীপুন্না চেৎনা পুনখিবা অমদি অধ্যাত্মাগী লম্বেলদা হেন্না চঙশীনখিবদগী শাফু লৈবা ইসলামগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙমখিদবনি। ইচং-থৌদবা ধর্ম্মগী ফিরেপ অসি হোংদোকপা মতমদা কয়ামুক কনখৎলকপগে হায়বদু ইতিহাসনা সাখী ওইরি। খুদম ওইনা গুরু হরগোবিন্দগী মতমদা গুরুন্না শ্রীনগরদা যাত্রা তৌবা মতমদা মহারাষ্ট্রগী খঙহৈরবা পণ্ডিত স্বামী রামদাস সমরথ উনখি। স্বামীনা গুরুগী নিংথৌগী ফিজোন্দু উবদা ধর্ম্মগী মকোক অমনা অদুগুম্বা সংসারিক ওইবা ফিজোন্দু শেৎপা হৌনব্রা অসুন্না অঙকপা ফোঙদোকখি। মদুদা গুরুন্না খুমখি— "জাহির অমিরি, বাতন ফকিরিঃ গুরু নানক নে মায়া ত্যাগী থিঃ সংসার নহী ত্যাগ্যা থা।" (মপান্দনা নিংথৌগী ফিজোলনি, নুংদনা ফকিরগী থম্মোয়নি: গুরু নানকনা সংসারগী মায়া থাদোকখি, সংসারবুদি থাদোকখিদে।) পাউখুম অসিদা পেনথ্রবা অমসুং অনৌবা মঙাল উথ্রবা স্বামী অসিনা শিবাজীদা খুৎলায় পায়বা ধর্ম্ম কনবগী লালওং চখনবা শিক্ষা পীখি অমসুং মরাথা শক্তি হাইগৎলকখি।

অসুন্না গুরু গোবিন্দ সিংহগী মতম য়ৌরকপদদি খুৎলায় পায়বা লাম্মী তেঙ্গোল থমদবা শুকয়া য়ারক্লে। মীঙোন্দগী লৈবা লমশিংদা লিংখৎখিবা সিখ শহরশিং অসিগী ঙাকশেন থৌরাংসু তৌদবা য়াদে। ধর্ম্মদু মীয়ামদা য়ৌহন্নবগীদমক ধর্ম্ম গুরু মশামক নীংতম্না অমসুং শোয়দ ঙামদনা লৈবা তাই। গুরু হর গোবিন্দগী মতমদা মোগল লাম্মীগা হকথেংননা লাল শোক্লখিবা অমসুং হৌজ অহন্নক লাল ঙমখিবগী বাফমসু মথক্তা য়াওখ্রে।

গুরু গোবিন্দগী মতমদা মপাঙ্গল কনবা সিখ লাম্মী তেঙ্গোল অমা শাগৎপগী বাফমসি হেন্না ময়েক শেংলকই। মহাক্কা ভক্তশিংদা য়ারিবমখৈ শাপোৎ লানপোৎ পুরক্লবা পাউতাক পীখি। শেমগৎপা হৌরকপদা ঙায়রিবা তেঙ্গোলদুদা শিনফম ওইবা লাম্মীশিংসু হাপচিনবা হৌরে। মহাক্কা লোয়নরিবা পৃন্নমক্তা আত্মা অমসুং হকচাং অনীমক শাজেল তৌদবা য়াদে

হায়বসি খঙহল্লম্মী। মরক অসিদা "রণজিত নগারা", লানগুম পুং হায়না মমিং থোক্লবা চাউথ্রবা খুনবুং অমা শাহন্দুনা অয়ুক অমসুং নুংদাংবাইদা থীনবা হৌরে। শাদানবা চৎপা হায়বসিমসু নোংমগী থাদোকপা য়াদ্রবা থৌ অমা ওইরকখি। গুরুনা মশামক লেপ্তুনা শা-লালগী বিদ্যা শুনা তমশিল্লম্মী। সংস্কৃত, পারসী, অরবিক অমসুং পঞ্জাবী লোলশিং মমূৎ তানা নৈনদুনা লোলশিং অসিদা ইবা লাইরিক অয়াম্বা শীৎ নাল্লা পাখি, খঙখি। মতুংইনবশিং দসু মহাক্না তৌরিবশিং অদুমক তৌহল্লি। অয়ুক নুমিদাং অনীমক্তা পাঙথোকপা আরতিশিং না মীওইবা অমগী সংসারগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌশিং পায়রিবদু পরমেশ্বরগী সেবাগা লম্বী অমত্তদা পুল্লা চৎমীন্নহনবগী মায়কৈদা পুশিলহল্লি।

অসিগুম্বা অকনবা থৌরাংশিং অসি উবদা মখোয়না লৈরিবা লৈবাক বিলাসপুর (কাহলুরসু কৌই) গী রাজা ভীম চন্দ নুংশা থীবা হৌরক্লম্মী। মী থারক্তুনা গুরুগী অপোকপীদা ৱাকৎলরে। গুরুগী মখাদা লৈবা মসন্দশিংনসু গুরুদা মাগী থৌরাংদু থাদোকপিনবা হায়জৈ। অদুবু গুরুনা উরিবা ৱাফমদু মখোয়নদি উবা ফংলমদে। মতম অসিদা অসামদগী রত্তণ রায় কৌবা সিখ অমনা নীংথি না তম্বিরবা শামু অমা, মওং মঙাদা শীজিন্নবা য়াবা খুৎলায় অমা, সনানা লৈতেংলবা শগোল মঙা, তাঙলবা হিরা, ফি-রোল অমসুং লাইধী থোরক্তুনা ছত্রং শান্নবগী মওং য়াওবা তাঙবল অমগা পুরক্তুনা গুরুদা কৎলরে। হায়রিবা রত্তণ রায় অসি গুরু টেগ বহাদুরগী আশীর্বাদতগী ফংজখিবনি হায়না সিখশিংগী খূৎইদা লৈরি।

রাজা ভীম চন্দ হৌজিক্তি মফম মুনখিদ্রা হায়না পাখৎপগী মথক্তা কল্লকপা অমসু হাপচিল্লক্লম্মী। চুম্না নিরুব্বদি পীররোই খঙদুনা অশেংবা চলাক অমা তৌরে। মতমসিদা মহাক্কী মচানীপাগা গড়ৱাল শ্রীনগরগী রাজা ফটেহ শাহগী মচানুপীগা লুহোংবগী ৱাফম চথনরম্মী। লুহোংবা মতমদা গুরুগী পোৎশিংদু উত্তুনা লেন্নজরুগে হায়দুনা হঙ্গৎলরে। অমুক পীরক্লরোই হায়বসি উরদুনা গুরুনা য়াদ্রে। মসন্দশিংনা রাজা ভীম চন্দগা য়েক্লবা কয়া নুংঙাইরোই হায়দুনা কিহল্লি, মদুসু গুরুনা নাদা হাপ্তে। মসন্দশিংগী থৌরাংদি হেন্না মপাঙ্গল কনবা গুরু থমদবনি হায়বসি গোবিন্দ সিংহনা য়াম্না ঙন্না লৌশিং ফংখি। অসিগুম্বা লৌশিং অসিমক পুন্সীগী অরোইবা মীৎকুপ্তা ফোঙদোকপীরমগদৌরি।

চীংলমদা পাল্লিবা হিন্দু নিংথৌশিংদু অমগা অমগা পুকচেল খোইজেল তিন্নরমদে। অদুনা গুরু অমসুং ভীম চন্দ অনীগী লাপথোনক্লরক্লিবা মরীগী খুদোংচাবদু লৌদুনা ফত্তলৌশিং তৌরে। গুরু অমসুং ভীম চন্দ অনীমক্তা মখোয়গী মীচঙদা লেপ্লি হায়জিন্দুনা লালগী মৈরী চুখৎলম্মী। লিলসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা থৌরাং হায়বদুনি। মতমসি গুরুদি

আনন্দপুরদা লৈরি। তালক অসিদা নোংমা নাহান লৈবাক্কী রাজানা গুরুবু বার্ত্তন তৌরকখি। গুরুসু য়ারম্মী, লাম্মী চামগা পুদুনা চৎলী। উদাসি হায়বদি লম্বোইবনা অয়াম্বনি। আনন্দপুর ঙাক্লবা লাম্মীসু মতীকচানা থন্নম্মী। নাহান রাজাদু গুরুগী মগুণনা শুম্মাৎখিরম্মী। গুরুনা যমুনা তোর্বান্দা পাউন্টা কৌবা মফমদা লৈনবা কিলা শাগৎপদা অচৌবা মতেংসু পাংলম্মী। মফমসিদা লৈরিঙৈদা শ্রীনগরগী ফটেহ শাহনা গুরুগী দর্শন তৌবা লাকখি। নাহান রাজাগা ফটেহ শাহগা অনীসি কয়া পক্নরমদে। অদুবু গুরুনা তাইশিন্নবিরে। নোংমা মখোয় অহুম শাদানবা চৎলিঙৈদা কৈজাউ অমা চোংথোরকখি। গুরুনা থাং পায়দুনা কৈদুবু হাৎখী। মসি উবদা নিংথৌ অনীদু পেনখিরম্মী। অতোপ্পা মরুওইবা থৌদোক অমনা গুরুনা মফমসিদা লৈরিঙৈদা সাধোরাগী সায়দ বদরুদ্দীন ময়াম্না বুদ্দু শাহ হায়না খঙনবা সাধুগী গুণ চেনবা মীওই অসি গুরুগা ৱারী ৱাতাই শানবা লাকখি। তুংদসু মহাক গুরুগা মরী তৎনখিদে। হন্দক্কী মহাক্কী খোঙচৎ অসিদা মোগল তেঙ্গোলদগী থবক তোকহল্লকুবা পথান লাম্মী চামঙাসু বুদ্দু শাহনা গুরুগীদমক পুরকখি। মখোয়শিং অসি তলব পীদুনা গুরুনা থন্নম্মী।

পাউন্টাগী অচিকপা লমদমদা লৈরিঙৈসিদা গুরুনা অকন-অথৌ অমসুং লাইশোনগী শৈরেং কয়ামুক লেংখি। মসিবু কোন্না দশম গ্রন্থ কৌদুনা খোমজীনখি। মশাগী পুন্সী ৱারী তাকপা গুরুগী শৈরেং "বিচিত্তর নাটক" হায়বা অদুদা লমসিদা লৈবগী মতাংসি পল্লি। গুরুনা ইখিবা শৈরেংশিংদা ভারতগী ছন্দ অয়াম্বা শীজিন্নখি— চাউবাক্লা ২৫০ মুক শুগনি হায়না পানৈ। মসিদসু নত্তনা রস মখল শুনা হাপখি। লালগী শৈরেংদদি ভারতকী সাহিত্যদা গুরুগী চাউখ্রবা মফম লৈরি। গুরুনা পউন্টাদা লৈরিঙৈদা কবি ৫২ নেক্তুনা রাম কৃষ্ণগী, চণ্ডিগী পুরাণদা য়াওরিবা ৱারীশিংদু হিন্দীদা হন্দোকহনখি। মরকসিদা লমহেনবা মসন্দ কাংবু অমসু গুরুনা ৱারকখি।

লুহোংবগী নুমীৎ নকশিল্লক্লবদা ফটেহ শাহনা গুরুবুসু বার্ত্তন তৌরম্মী। গুরুনা মশামক চৎপা তৌদনা দিৱান নন্দ চন্দবু মমল য়াম্লবা খুদোলপোৎ কয়াগা লোয়ননা থাখি। মরকসিদা রাজা ভীম চন্দনা বর ওইগদৌরিবা মচানীপাদু পুদুনা লাকপদা পাউন্টাদা গুরুগী লানশঙ লৈবদু উবদা মপৃক্তা চিংনবা পোক্লদুনা খরা চৎচগে হায়বগী অয়াবা হান্না নিরম্মী। গুরুনা বরদি চৎলসনু অদুগা নিংথৌদি লম্বী থৈরগা চৎপীয়ু হায়বদগী নুংঙাইতনা মদুমক তৌখি। লুহোংফমদা গুরুগী খুদোলপোৎ লৈরম্বদা শাউরদুনা ভীম চন্দনা লুহোংবা তোক্লনি হায়রে। ফীভমসিদা গুরুগী খুদোলপোৎশিংদু পুদুনা অমুক হল্লকপদা তাখি। লম্বীদা লুমদুনা লৈরম্বা ভীম চন্দগী লাম্মীনা পোৎশিংদু মুনগে হোৎনবা অরেম্বা তাখি। খরা লৈরগা চীংগী নিংথৌ

মখৈ মীচং ওইগ্রে অমসুং পাউন্টাদা লাল তাদৌরে হায়বগী পাউসি ফংলম্মী। গুরুনা মাইল তরুক হাইগৎলগা অপূনবা লান্মী অদুবু ঙাইরম্মী। লানফম অসিবু ভঙ্গানিগী লাল হায়না খঙনৈ। লাল শোক্লরমদাইদা সিখ লান্মীশিংদি হন্নাওরম্মী, অদুবু পথান লান্মীশিংদুদি গুরুবু থাদোক্তুনা চেনখরে। বুদ্দু শাহনা পাউ অসি তাবদা নুংঙাইমন্দদুনা মচা মরি, মনাওনীপাশিং অমসুং লোয়নবা ৭০০কা লাল পাংলখি। লাল অসি গুরুনা মপুং ফানা ঙমখি। পেল্লবা গুরুনা পির বুদ্দু শাহদা কিরপান, শমজেৎ অমসুং শমজোই খরা পীখি। মদু হৌজীক ফাওবা নাভাদা থল্লী। মথক্কী লানফম অসিদা রাজা ভীম চন্দ মশামক্তি য়াওখিদে।

গুরুগী মতীক খঙলবা রাজা অসিনা মোগলশিংগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙম্নবগীদমক্তা গুরুগা য়ানবা অমা পুরকখি। অশাউবা পুন্নমক কাউথোক্লরবদা, গুরুনা মঙোন্দা নিংথৌফি অমা খুদোল তৌখি।

মতম অসিদা ঔরঙ্গজেবনা জম্মুগী গভর্ণর মিয়া খানবু চীংগী নিংথৌশিং অসিদগী লোইপোৎ খোম্লুনবা মিয়া খান্না অমুক লান্মী মকোক অলিফ খানবু থারক্লম্মী। অহানবদা রাজা ভীম চন্দনা পীদ্রবদি মখোয়সু পীরোই হায়দুনা কনানসু য়াদ্রে। পাউ অসি তাবদা ভীম চন্দনা মাগী মন্ত্রী থারক্তুনা গুরুদা মতেং পাংবিনবা হায়জরখি। ৱাফমদু গুরুনা য়ারে। সোমদা অলিফ খানবু কাঙ্গ্রা অমসুং বিজয়ৱালগী নিংথৌশিংনা লোইপোৎ পীবদা নত্তুনা লান্মীগী মতেংসু পাংলম্মী। গুরুনা লুচিংবা অপূনবা লান্মীগা অলিফ খান অমসুং লোইপোৎ কাবা নিংথৌশিংগী লান্মী তেঙ্গোলগা ১৬৯০গী অথেঙবা শরুক্তা লাল থেংনখি। মসিবু নাদাওনগী লানফম হায়না খঙনৈ। লানফমসিদা মায়থীবা নংখিবা মোগল লান্মী তেঙ্গোলগী লেমহৌবশিংদু অহীংগী অমম্বদা লোন্না চেনখি। অদুম ওইনমক তুংকোইনা থেংনবা ঙম্লোই খানবদগী চীং নিংথৌ অয়াম্বনা ঔরঙ্গজেবতা লোইপোৎ কানরকখি।

আনন্দপুরদা গুরু হল্লক্তুনা মতম খরা চিল্লা লেপ্লে। গুরুগী মতীক-মগুণ হেনগৎলকপগা লোয়ননা মহাক্কী শিষ্য অমসুং লান্মী তেঙ্গোলসু অসুম মশীং য়ামখৎলকই। মসি উরকপদা পঞ্জাবকী গবর্ণর ওইরিবা দিলাৱর খান মবুক নুংনাংলে। নমথহৌদবা য়াদে মতাগুম ১৬৯৪ দা লান্মী ১১,০০০ গী তেঙ্গোল অমা মচানীপা খানজাদাগী লুচিং মখাদা গুরুদগী লোইপোৎ লৌরুনবা থারকখি। লালগী মৈখু উরক্লবদা গুরুগী তুংইনবা খরা অমদি মহাকপু থাদোক্তুনা চেন্নখিরম্মী। মখোয়দু কোন্না মোগল লান্মীনা হাত্তোকখি অমসুং ফাদুনা পুখি। খানজাদাগী তেঙ্গোল অসি সতলুজগী তোর্ব্বান্দা গুরুনা নৈহৎখী। সোমদা কাঙ্গ্রাগী গবর্ণর দিলাৱর খান্না হুসেইন কৌবা অমগী মখাদা চীংনিংথৌশিংবু লাকশীন্নবা

লান্মী অমুক্কা থারক্লম্মী। থিংবা ঙমদনা চঙশিল্লক্রিবা হুসেইন্দা চঙজহৌবনা ফরদমাক্লে খন্দুনা ভীম চন্দ অমসুং কাঙ্গ্রাগী নিংথৌ অনীমক মোগলদা লোইপোৎ কাদুনা মীচঙ ওইখ্রে। লম্বীদা মখোয়না লোইপোৎ কাও য়াদবা গুলেরগী রাজা গোপালবু লোইশিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। হন্দকসু গুরুনা রাজা গোপালগী মায়কৈদা লাল শোক্লখি অমসুং লালদু মপুং ফানা ঙম্লম্মী। অদুবু পংকুই কুইদনা খোয়শাওনরবা ঔরঙ্গজেবনা মচানীপা বহাদুর শাহদা চীং নিংথৌশিংবু নমথনবা হায়খি। মহাক্কা মির্জা বেগ অমসুং মমিং লৈরবা জেনরেল মরিবু অমুক থারকখি। হন্দকমুক্তি মখোয়না গুরুগী মায়কৈদা হন্নফাওবা য়েংলমদনা চীং নিং থৌশিং অদুতবু পান্দম থমদুনা লাল তৌখি। খুঙ্গংশিং লুট তৌবা, মৈ থাবদা নত্তনা লানফাশিং দু মরু কোকথোক্লগা গধা তোংহন্দুনা পুখি; মরল মথুম মুনখি। মখোয়গী মরক্তা গুরুবু থাদোক্তুনা চৎখিবশিং অদুসু অবাবা নংবা য়াওখি।

গুরুনা অহানবা নুপীদগী মচা অমত্তা চহী তরেৎ ফাওবগী মনুংদা ফংলক্রবদা নহা ওইরিঙৈদা অনীরক হন্না লুহোংখি। অনীশুবা সুন্দরীনা অজিৎ সিংহ (১৬৮৬) পোকখি, অদুগা অহুমশুবী জিতোজিনা জুঝার সিংহ (১৬৯০) জোরাবর সিংহ (১৬৯৬) অমসুং ফটেহ সিংহ (১৬৯৯) পোকই।

মতমসিদা বনারসতগী কেশো দাস কৌবা মমিং লৈরবা ব্রাহ্মণ অমা লাক্তুনা হোম-যজ্ঞ তৌবগী মচাক পীয়ু, চণ্ডি (দুর্গা) গী দর্শণ তৌহনগে, লানঙম ফিরাল পাইহনগে হায়ররে। ময়াম চঙদুনা কন্না হায়মনবদগী গুরুনা মহাক্কী রাফমদু য়ারম্মী। অদুবু সীমদি হান্ননা খঙহনখি— "দেবী দেবতা পূন্নমক অসিসু পূন্নমকপু শেম্বীরিবা পরমেশ্বরগী ইচ্ছা মতুংইনবনি। মহাক্কী মফমদগী বরদান নিজগদবনি। মঙোন্দা চঙজরবা, মহাক্কী মিংদা থবক পাঙথোকচরবদি মীওইবদা মরায়বক শেমজনবগী নৎত্রগা মাঙহঞ্জনবগী শক্তি পীনবী। সিখশিংনা গুরুগী রাহৈসি য়ানিংলবসু মপুং ফানা পূক্নীং লুপত্রিবা চীংগী মীওইশিং অদুনদি যজ্ঞ অদু কন্না তৌহন্নীংলম্মী। মরম অসিদগী চহী অমা চুপ্পা হোম যজ্ঞ তৌরে। দুর্গা অষ্টমীসু য়ৌরক্লে। অদুবু দুর্গাগী দর্শন্দি ফংদ্রে। মতমসিদা ব্রাহ্মণ অসিনা কনাগুম্বা সাধু অমবু বলি তৌরগা হোম তৌরিবা মৈদুদা মকোক্তু কৎত্রবদি দুর্গাবু উবা ফংলরোই হায়রম্মী। গুরুনা নোক্লদুনা হায়খি—"য়াম্না ফরে, থাকুরদগী হেন্না ফবা সাধু অমা লৈররোই। অদুনা হৌজিকমক নহাকপু বলি তৌবা তারে।" মদু তাবদা মীপাইরবা ব্রহ্মণ অদু হৌদুনা চেনখিরম্মী।

গুরুনা পোৎলম পূন্নমক মৈদা লংশিল্লগা নৈনাদেবী চীংদগী খুত্তা থাংশাঙ পায়রদুনা শারাও-লাল্লাউ তৌরদুনা কুমথরকখি— "শক্তিবু পীনবিরিবা দেবীগী অশেংবা শক্তমদি

মসিনি। থাংশাঙ অসিনা ফত্তববু মাঙহনবিরি, অফববু ঙাক-শেনবিরি। অচুম্বা মরমগীদমক্তা থাঙগী ময়াদা চৎপা কিদবা মহাক অদুতনা পরমেশ্বরগী বরদান ফংগনি।" মসিগী মতাং অসি সুখা সিংহ (১৭৯৭) গী "গুরু বিলাস" তা মরীক চুম্না য়াওরি। গুরুগী লাইনীংগী মশক অমা থৌদোক অসিদগী ঐখোয়না উবা ফংই। মহাক্না "কৃষ্ণাবতার" দসু অসুম্না ইরি— "লাম্তে ঐদি গনেশ, কৃষ্ণ, বিষ্ণু। মখোয়গী মমিং তারবসু ঐদি খঙজদে মখোয়বু। ঐনা নীংজরিবদি পরমেশ্বরগী খুয়াখা অদু খক্তনি।"

শীংথানবা য়াবা রাফম অমনা গুরুদ্না মসন্দ কাংলুপ অসি মতম অসিদগী হৌনা মুখৎখি। মসন্দ হায়বসি পারশী রাহৈ 'মসনদ্' হায়বা অদুদগী ওইরকপনি। তেংবাংবা হায়বনি। গুরু রাম দাসনা ধর্ম্মগী থৌ পাঙথোকপদা মতেং পাংনবা হায়দুনা ১৬৯৮ দা হৌদোকখিবনি। অদুবু লমচৎ য়াওরক্তবা, লন-থুমদা কারাম্বা হেল্লকপা অমসুং অচম্বা প্রজাশিংদা মীওৎ-মীনৈ কয়া চত্থরকপগী প্রমাণ ফংলদুনা আনন্দপুরগী দরবারদা চহী চাম্মা খরা হেন্না লৈর্কলবা লোয়শঙ অমসুং মসিগী ফম্নাইবশিং অসি লোইনমক মফম লৌথোকখি। মরাল লৈবশিংবু দণ্ডি তৌই, অদুগা অচুম্বা চৎপশিংবুনা ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী।

অহুমশুবা পন্দুপ

# খালসা হৌদোকপা

বৈশাখগী অহৌবা নুমীৎনি। বসন্ত ময়ায় চল্লক্রে। কুইনা গুরুগী পুক্নীংদা ওমদুনা লাক্লবা ব্রাখল অমা মার্চ ৩০, ১৬৯৯ গী নোংজাসিদা শাফোঙলকখি।

গুরুগী নুংদা মৈরী থোক্তুনা চাক্লক্লিবা ব্রাখলসিগী মরম ওহ্মোক্লা য়ামখ্রে। খরদং মতাং সিদা পল্লম্বা য়াই। অহানবদা দাঃ গোকল চন্দ নরংগী ব্রাহৈ খরসি য়েংসি— "হিন্দুশিং অসি মহৌশানা শান্তি পাম্মী, মপূকচেল তম্নী, তপথবা , কা হেন্দবা, পাঙ্গল শীজিন্নবা পামদবা, কিবনা হানবা, পূকচেল থুনা হম্থগনবা অসিনা মপূং ওইবা শক্তম ওইরি । ধর্ম্মদা থাজবদি অঙকপা ফংনা থমজে। ধর্ম্মগী তুংইনবদি ঙম্মী, অদুবু জাতিয়বাদকী ব্রাখন্দি থোইনা চেন্দে। মরম অসিদগী গুরু গোবিন্দ সিংহনা জাতিয়বাদপু মখোয়গী ধর্ম্ম ওইহনগে খনখি।" (ট্রান্সফোর্মেসন ওব সিখিজম, লাঃ ৭৯)। গুরুবু পোকপা গুরু টেগ বহাদুর দিল্লীদা মীয়াম মমাঙদা মঙক কক্তুনা হাৎখি। অদুবু কনামতনা অশিবা হকচাং লৌশিনবিদবদগী অহীং অথেংবদা জাৎ হম্থবা সিখ অনীনা শক লোৎলগা লৌশীনখিবনি। হিন্দু নিংথৌ মশেল অমগা অমগা তত্তুনা লাল শোক্রনৈ। ধর্ম্ম মান্নবা মখোয় মশেলনা অঙম তান্নবদা ধর্ম্ম মান্নদবা মোগল নিংথৌ ঔরঙ্গজেবগী মতেং লৌ-লৌদুনা অমনা অমবু নমথনরি। গুরু মশামক্লা রাজপুত চীং নিংথৌশিংবু মতেং কয়ারক পাংথ্রবসু কাইনথংদদি মোগলশিংগা মীচং ওইদুনা মহাক্কী মায়োক্তা লাল তৌরকই।

জাৎ খায়বগী অকিবা ফংলবা মশক অমসু লৈরি। গুরুনা সিখশিংবু সংস্কৃত তমহন্নবা হোৎনবদা রঘু নাথ কৌবা ব্রাহ্মণ অদুনা অতোনবা জাতিগী মীওইদদি তম্বিবা য়াদে হায়দুনা তম্বিখিদে। কোন্না সিখ খরা ব্রাহ্মণ শাদুনা বনারসতা থারগা সংস্কৃত নীংথিনা হৈহনখি অমসুং হল্লক্রগা অতৈ সিখশিংবু তম্বিখি। নুপীবু ওইরবদি পোকপদা হাত্তোক্লবা মতম্নি। গুরুগী সিখ তুংইনবশিংসু করিগুম্বা মতমদদি থব্রায় কখোক্লকপা অমসুং ধর্ম্ম কনবগী লাল থেংনবদগীদি মশাগী লৌরি য়ূম্ফম কা য়েংশিনবনা হেন্না মরুওইবগুম লৌনবা য়াওরি।

অমরোমদা অমুক হঙ্গথনা য়েংবদা সিখ গুরুশিংনা মশা ঙাকথোক্লবগীদমক্তা হান্নদগী হৌনা লাল্মী খরা খরদি শেমগত্তুনা থম্লরকই। গুরু হর গোবিন্দ মশামক খুৎলায় শাগোন্নখি অমসুং মহাক্কী লাল্মী খুজোক অদুনা শাহ জহানগী লাল্মীশিংবু হৌজ হৌজ লানফমদা মায়থীহনখি। গুরু হরি রায়সু শগোল লাল্মী ২০০০ শেমগৎলম্মী। গুরু অর্জুন রা মচেৎ অমত্তা ঙাওদনা জহাঙ্গীরগী মতমদা শিববু তরাম্না য়াজখি। গুরু হরি কৃষণ চহী নিপান্দা ঙায়রিঁঙদা দিল্লীদা লৈখিদে। গুরু টেগ বহাদুরসু হিন্দুশিংগীদমক্তা থৱায় কৎখিবনি।

হৌজিক ফাওবদি হিন্দু মুসলিম খায়দনা অনৌবা থাজবা, ধর্ম্ম অসিদা জাৎ খেন্নবগী রাফম থাদোকপা ঙম্ল বা, পূন্না চামীন্নবদা আপত্তি তৌদ্রবা, ধর্ম্ম জাৎ কুচু খায়দনা মীওইবগী সেবাদা কথোকপা ঙম্লবা, রাহৈ, রাখল, থবক্তা অশেংবা মশকপু কায়দনা থমগনি হায়না রাশক্লবা অমসুং অমত্তা ঙাইরবা পরমেশ্বরদা থাজববু থম্লবদি অথিংবা নৈতনা লৌশীন্দুনা লাক্লিবনি। অদুমদি ওইরগা ধর্ম্মদা অপুনবা মশক ঙাকপা ঙম্লবসু রাজনীতিগী অপুনবা শক্তমদি ঙাকপা ঙমদনা অসুম লাক্লি। মতীক চাউবা শক্তি অমা হায়বদু ওইবা ঙমদ্রি।

অসিগুম্বা মতাংসিদা ধর্ম্মগীদমক্তা থৱায় কথোকপা ঙম্বগুম জাতিগী রাখল্লোন্দা মৈগী চাংয়েং অমা মহাক্কী সিখশিংনা চথবা ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা হায়বসি গুরুনা থম্মোয়দা তত্তুনা হংবা হৌরকখি। অপুনবা, মীখা পোন্দবা— রাজনীতি অমসুং ধর্ম্ম অনীমক্তা, শক্তি অমা কমদৌনা শেমগৎকনি? রাহংশিং অসিনি গুরুগী থম্মোয়দা তত্তুনা ওৎলরিবা।

অদুনা বৈশাখ নোংমা পানবা নুমীৎসিদা আনন্দপুরদা সিখ লীশীং কয়ানা তিল্লরবদা ইখঙ খঙহৌদনা গুরুনা হৌগত্তুনা নোংশাগী খোল্লাউদা হায়রকখি— "ঐঙোন্দা মকোক কৎপা ঙমগদবা সিখ অমা হৌজীকমক ঐহাক্লা পাম্মী। ঐঙোন্দা কথোক্লবা সিখ অমগী ঈ ঐগী থাংশাঙ অসিনা খৌরাংলে।" কনামত্তা খুল্লক্তে। পূম্নমক অঙকপগী ঈপাক্তা লৌশিং মাঙখ্রে। গুরুসিবু ঙাওরবরা? মহৌশাগা মান্নদবসিবু? গুরুনা অমুকসু লাউরকখি— "পরমেশ্বরবু নীংজবা মহাক্তি মাগী মফমদা মকোক খুবাক্তা হাপ্পুনা কথোকই হায়না হেক হেক শোল্লিবা নখোয়গী মরক্তা ঐঙোন্দা নকোক পীবা ঙম্বা অমফাও য়াওদ্রবরা?" অমুক্কসু তুমিন লৈনরবদা অহল্লক শুবা ওইনা গুরুনা লাউখি— "ঐঙোন্দা থাজবা থম্মী হায়বসি উৎপা ঙম্বা মীওই অমত্তা য়াওদ্রবরা?" হন্দকমুক্তি লাহোরদগী ক্ষত্রিয় দয়া রাম কৌবা সিখ অমখক মকোক নোন্দুনা, খূৎ লোন্নদুনা থোরকই; নোল্লুক্লা হায়জরকখি— "নিংথৌ পূম্বগী নিংথৌ, ঐগী ইকোক্তি মতম চূপ্পদা নহাক্কীনি। সেবা ওইজবা ঙম্লবদি লৎনদনা লৌবীরো।"

গুরুনা মহাকপু শঙ অমদা পুশিনখিরম্মী। মফমদুদা হামেঙ অমা মঙক কক্লগা ঈ

তৈরবা থাংশাঙ পায়দুনা থোরক্লগা অতোপ্পা কোক অমগসু পাম্মী হায়রকই। কিবনা থুমহৎলবা কয়া অমদি চেন্নখ্রে। অদুবু রোহতাক্কী ধরম দাস থোরক্লুনা মকোক কৎলরে। হান্নগী অদুম্না অমুক চথরে। সিখ খরনা চেনখিদুনা গুরু পোকপীদা রাকৎলুরে। তাল্লকসিদা সিখ অহুম থংন-থংননা থোরকখি— দ্বারকাগী মোহকাম চন্দ, বিদরদগী সাহিব চন্দ অমসুং জগন্নাথ পুরীদগী হিম্মত।

শিখ্রে খন্নরুরবা মখোয় মঙামক অনৌবা ফিজোল শেৎলহন্দুনা গুরুনা মীয়াম মাঙদা পুথোরকখি। কোক্তা হীগোক মচুগী কোয়েৎ য়েৎলি, অচোনবা ঙাঙলৈনবা ফিজোল শেৎলি, খ্বাংদা খ্বাঙয়েৎ ফায়, লাঙরা মতুপ অমনা ফিনুংফি ওইনা য়েৎশীন্দুনা শেৎলী, নাকন্দা থাংশাঙ য়াম্থরি। মখোয়বু উবদা তিল্লিবা পুম্বনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা "সত শ্রী অকাল" (পরমেশ্বরদি অমরনি) হায়বা খোল্লাউ লাউনরকখি। মখোয় মঙা অসি অমখক নত্তনা অতৈ মরিদি হম্থবা জাতিগীনি। গুরুনা মখোয় মঙাবু "পঞ্জ-প্যারে" (অচানবা মঙা) হায়বা মিংথোল পীবিরে।

মথংদা গুরুনা তাকপীদুনা য়োৎকী খাং অমদা ঈশিং শাহল্লে। ঈশিংদুবু গুরুগী ময়া অনী পানবা থাংশাঙনা ওৎপা হৌরকখি। মতম অদুদা গুরুগী চীন্দগী গুরু নানক্কী জপ, লোয়নননা জাপ, বেনাতি চৌপাই, গুরু গোবিন্দ মশামক্তা ইজবা সৱায় তরামক অমসুং গুরু অমর দাসকী আনন্দ লেপ্তুনা থীরম্মী। তান চারুবদগী গুরুগী লোয়নবী জিতোজীনা ময়াম্না চানবা পতাসা পুদুনা লাক্রম্মী। গুরুনা মদুসু ঈশিংদুদা হাপচীন্নবা হায়খি। "খালসাদি লালগী থৌরাংদা লৈবতা নত্তনা মখোয়না সেবা তৌরিবশিং অদুগী পুক্নীবুসু খোয়থুম্নহনগদবনি।" পতাসা হাপ্পবা থাংশাঙনা ওৎখ্রবা অমৃত হায়না মিংথোল্লবা মহী অদু লৌদুনা অচানবা মঙাগী কোকথক্তা অমমম্‌তা ওইনা হৈথদুনা লাইমিং লৌবীরে। মথংদা অঙকপগী অঙকপদি, মখোয় মঙামক্তা মখোয়দা তৌখিবগুম গুরুবুসু অমুক লাইমিং লৌবীনবা হায়রকখি।

ওইথোক্তবা থৌওংবু হায়রকপদা রাখল ফুম্বংনরবা অচানবা মঙাগী অরাবদু উবিদুনা গুরুনা অমুক্তা হন্না ময়েক শেংনা তাকপীখি— "ঙসিদগী হৌনা অনৌবা নিয়ম অমা ঐনা হৌদোকলবনি। অচৌবা মচা হায়বা অমমুক লৈররোই। হৌজিকমক ঐবুসু নখোয়গী শিষ্য ওইহনবিয়ু। মান্নবা পন্থ অমা শেমলসি।" মতৌ অসুন্না গুরুবুসু লাইমিং লৌরে। নুমীৎ অসিমক্তদা সন্ট-লাম্নী অসিগী তুংইনবা ওইনা মী লীশীং কয়ানা লাইমিং লৌখি। হপ্তা অনীদংগী মনুংদা মীওই লীশীং মরিফু লাইমিং লৌখরে।

মখোয় অসিবু গুরুনা "খালসা" হায়বদি শেংলবা, মপুং ফারবা হায়না মমিং থোনখি।

অমুকসু মখোয়বু গুরু মশামক্কীনি হায়বসি খঙহল্লদুনা "ইস্ট সুহীর্দ" হায়নসু কৌখি।

গুরুনা মখা তানা অসুম্না তাকপীখি— "ঙসিদগী হৌনা নখোয় পুম্নমক্কী মরক্তা জাৎ অচৌ-পীশক অমুক লৈররোই। হিন্দু নৎত্রগা মুসলিমগী ধর্ম্মগী রিতি হায়বা অমমুক লৈররোই, অন্ধবিশ্বাস অমত্তা থম্বা তৌররোই, পুম্নমকপু শেম্বীরিবা, পুম্নমকপু মাঙহনবীরিবা, পুম্নমকপু ঙাকপী শেনবিরিবা অমত্তা ওইবা মপু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা খক্তমক চংজগদবনি। খ্বাইদগী অতোনবসু খ্বাইদগী অচৌবগা মান্নরগনি, খুদীংমক অমগা অমগা ভায় ওইরগনি। তীর্থ যাত্রা চৎলরোই, ব্রত অমুক তৌররোই, য়ুম্বানবা মী অমগী অশেংবা পুক্সী অদু লেনগদবনি, মদুসু ধর্ম্মনা কৌরকপা মতমদা খুদক্তা থাদোকপা ঙমগদবনি। নুপীসু নীপাগা মান্নবা থাক্তা লৈরগনি। পর্দা মরুমদা লৈররোই। মপুরোইবগী চিতাদা অমুক হন্না চোং শিল্লরোই। মচানুপী হাৎলবা মীওইদুগা খালসাগা মরী থন্নরোই। 'ক' না হৌবা পোৎশক মঙাখক ঐগী আদর্শ অসিবু থম্মোয় শেংনা পাম্মী উৎনবা ঙসিদগী হৌনা নখোয় পুম্বনা শীজিন্নরগনি। কোক্কী শম (কেশ) অমুক হন্না কক্করোই, শমজেৎ (কঙ্গা) অমা শমদুবু তরুনা হাত্তোক্লবা লোয়নগনি, য়োৎকী খুজী (করা) অমা পরমেশ্বরগী পুম্নমক্তা লৈবা মশকপু তাক্লবা শিগনি, ফিনুংফি (কৎছা) অমা লমচৎ শেংবা উৎনবা শেৎকনি, অদুগা ইশাবু ঙাকথোকচনবগীদমক থাঙ (কিরপান) অমা পুগনি। মৈখু শীজিন্নবা হাযবসি অমোৎপা অমসুং হকচাং শোকপা হৈনবী ওইবনিনা অমুক হন্না তৌফরোই। লালগী খূৎশু-খূৎলায় পুমনমক শীজিন্নবা হৈগদবনি, শগোল থৌবদা লম্বা লৈতবা ওইগদবনি, খূৎ চুম্নবা হোৎনগদবনি, থাঙ হাইনবগী মহৈ চঙখোন্না খঙগদবনি, চক্র অমসুং তা লংবদা খ্বাইদগী অহেনবা ওইগদবনি। আত্মাগী জ্ঞান অদুমক্কা মান্ননা হকচাংবু য়োকখৎপনা নখোয়গী পান্দম ওইগদবনি। হিন্দু অমসুং মুসলিম অনীগী মরক্তা নখোয়না থোং ওইগদবনি। লায়রবা, অতোন-অতাবু জাৎ, কুচু, লৈবাক অমদি ধর্ম্মগী খেন্নবা থমদনা সেবা তৌগদবনি। ঐগী খালসাদি মতম চুপ্পদা লায়রবশিংবু ঙাকপী-শেনবিগনি, নখোয়গীদমক্তদি 'দেক' (অপুনবা চাকখুম) না মরুওইবা অদুমুক 'টেগ' (থাংশাঙ) সু মরুওইগনি। ঙসিদগী হৌরদুনা সিখ নীপা খুদীংমক্কী মিংদা সিংহ (নোংশা) অমসুং নুপী খুদীংমক্কী মিংদা কৌর (নিংথৌমচা) হায়বা ৱাহৈশিং অসি তপকদবনি, অদুগা উনবা মতমদা অসুম্না হান্না হায়নগনি— "ৱাহেগুরু জি কা খালসা, ৱাহেগুরু জি কি ফটেহ" (খালসাদি পরমেশ্বরগীনি; পরমেশ্বরনা জয় ওইরে)।

গুরু গোবিন্দ সিংহনা হৌদোকখিবা খালসাগী মচং ওইবা ৱাফমদি মথক্কী গুরুগী ৱাহৈশিং অসিদা য়াওরবনি। ধর্ম্মগী মীৎয়েংদা অখুবা ৱাখল, ওৎ-নৈবা, নুপীবু হত্থনা য়েংবা পুম্নমক খালসাগী ধর্ম্ম নীতিদা য়াওদে। রাজপুতশিংনা সিংহ কৌনবা অদুমক মখোয়না

লৌশীল্লি। মসিদগী হেন্দোক্রদুনা নুপীবু নীপাগা মান্নবা থাক্তা লৈ হায়বসি খঙহন্নবগীদমক "রাজকঁবর" হায়বদি নিংথৌমচা হায়বা ৱাহৈসিগী অশম্বা "কুঁবর" বু তেনশীল্লগা "কৌর" হায়বা ৱাহৈসি শীজিন্নহনখি। খ্বাইদগী শীংথানবা য়াবা খালসাগী গুণ অমদি ধর্ম্মগী মিংদা শোন্থনা লৈবা তোক্তুনা ইশাগী ধর্ম্ম অমসুং নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক খূৎলায় পায়খৎপা হৌখিবসিনি। মসিনা হিন্দু পূম্নমক্কী থম্মোয়দা থৌনাগী ইনোৎ হাপখি, আশাগী অনৌবা ময়োন চোংহনখি অমসুং মায়োক্তা লৈবশিংগী থম্মোয়দা অকি-তুজুংবা পোকহনখি।

গুলাম মোহিউদ্দিন কৌবা মুসলিম ইতিহাসকার অদুগী মতুংইন্না লাইমিং লৌবগী থৌদোক অসি মরীক চূন্না শীংথাদুনা ঔরঙ্গজেবতা মহাক্কী গুপ্তচরনা পাউ পীখিরম্মী। পাউ অদুদা মখাগী ৱারোল অসিমসু পল্লম্মী— "ঐগী ইমিং গোবিন্দসিংহ হায়না কৌগদবদি অশোনবা সেন্দাংশিং অসিনা খুনুখরংশিংবু শেগায়দুনা চাবা ঙন্নবা মতমদু খক্তদনি।"

গুরুগী শক্তিনা নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকপা উবদা অকোয়বদা লৈরিবা চীং নিংথৌশিং মরম লৈতনা মিপাইনখরে। নোংমা গুরুনা তুংইনবা খরদংগা লোয়ননা দূন তম্পাক্তা শাদাল্লিঙৈদা বলিয়া চন্দ অমসুং আলিম চন্দ কৌবা নিংথৌ অনীনা লান্মী ময়াম অমগা লোয়ননা গুরুবু হাৎনবা লান্দারকখি। গুরুগী তেন্না থাদুনা বলিয়া চন্দ শিরে; আলিম চন্দসু মখুৎ নাম্মা ককখ্রে। অসুন্না মখোয়গী থৌরাংদু অরেম্বা তাখি।

হৌজিক হেন্না মিপাইনরবা চীং নিংথৌশিংনা মখোয় মশামক হিন্দু ওইদুনসু মোগল নিংথৌদগী মতেং নিরম্মী। মখোয়না হীগায়ৱাগী মশক ওইরবা ৱাকৎচে অমা নিংথৌদা থারম্মী। অদুবু মতমদুদা মহাক্তি খা ভারত্তা লাল শোক্রদুনা লৈখিবা মরম্না সিরহিন্দগী সুবেদারগী খূত্তা চেরোলদু হান্না পীশিনখি। সুবেদার অসিনা শৌগৎপগী ৱাফম খরা হাপচিল্লগা চেদু ঔরঙ্গজেবতা থাখিরম্মী। মদুদা ঔরঙ্গজেবনা সর্ত অমা থমদুনা অয়াবা পীরকখি— মদুদি করিগুম্বা মোগল লাম্মীবু আনন্দপুরদগী গুরু গেবিন্দবু তাম্থোকপদা মতেং পাংউ হায়রবদি চীং নিংথৌশিংনা মখোয়গী খরচ তৌগদবনি। ৱাফমসিসু য়ারবদা লাম্মী লীশীং তরা পাইন্দে খান অমসুং দিন বেগ অনীগী মখাদা থারক্লে। রুপর কৌবা মফমদুদা চীং নিংথৌশিংনা মশা-মশানা লুচিংবা লাম্মীশিং পুরক্তুনা মখোয়গা পূল্লম্মী। মখোয়গী পান্দমদি গুরুবু আনন্দপুরদগী তাম্থোকপা, নৎত্রগা মশানা য়ানা মোগল নিংথৌরেলদা লোইপোৎ কৎলহনবা অসিনি।

গুরুনা মহাক্কী অচানবা মণ্ডাবু তেঙ্গোল মণ্ডাগী লুচিংবা হাপ্লদুনা লাল থেংনরম্মী। সিখ খালসাশিংগী নোংমৈ অমুং তেনগী নোংজুদা অপূনবা লাম্মী খাঙবা য়াদ্রে। কোন্নথংদা পাইন্দে খান্না গুরুবু নাইতোম লানশিংলম্মী। গুরু না শগোল খুরুপ থাদুনা থৌদোরক্লবদা

পাইন্দে খান্না গুরুন্দা করেম্নদুনা হান্না খুৎলায় থাজ্জরকউ হায়রক্রম্মী। মদুদা গুরুনা মখোয়গী য়ুমগী চৎনবীদি অতোপ্পদা হান্না খৎনবা হৌবদু নত্তে, অদুনা খুৎ হান্না থারকপনিনা খুৎলায়সু হান্না থাজৌ অসুম্না খুম্নম্মী। পাইন্দে খান্না গুরুবু খুৎলায় থানবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী, অদুবু মহাক্কী তেৎস্লেনা গুরুগী নাকোং ময়াদা খেত্তুনা পাইখিবা অদুদগী হেন্না করিসু তৌবা ঙমদ্রে। মদুদা গুরুনা অমুক হন্নগা কাপ্পদা মহাক্কী নাকোং মপাদা চপ চানা পান্দুনা শিখি। দিন বেগ মশামকসু য়াম্না থীনা শোক্লবদা লান্নীং হন্দুনা চেম্লে। মখোয়বু সিখশিংনা রুপর য়ৌনা তান্নরুই। অদুবু গুরুনা থিংবদগী মখা তানা তান্নরুদ্রে। লানফমসিদা পোৎ-চৈ য়াম্না খোমহৌই।

হৌজিক লালগী লৈচিন উবা হৌরক্লবদা গুরুনা মচা মনাইশিংদা খুৎশু-খুৎলায় অমসুং শাগোল পুরক্তুনা কৎলনবা তাকপিখিরম্মী। মসিগীসু মথক্তা নোংমৈ, থাংশাঙ অমসুং তেৎস্লেসু পাকশন্না শাবা হৌগৎলে।

চীং নিংথৌশিংনা অমুকসু লালওং অমা চথরকখি। বিলাসপুরগী নিংথৌ ভীম চন্দনা পোক্রম্বা রাজা অজমের চন্দগী লুচিং মখাদা জম্মু, নুরপুর, মন্দি, ভুটান, কুলু, কাম্বিল, গুলের, চম্বা অমসুং শ্রীনগরগী চীং নিংথৌশিং অসি পুল্লদুনা গুরুদা আনন্দপুরগী খাজনা পীগেরা নৎত্রগা থাদোক্তুনা চৎকেরা হংলরে। মদুদা গুরুনা আনন্দপুরদি মখোয়না লৈজবা লম্নি, অদুনা কনাদসু খাজনা পীফম থোক্তে হায়না খুম্নবদা লাঙ্গোয় চল্লরে। গুরুনা হন্দকসু মতীক চাবা পাউখুম পীনবা থৌরাং তৌরম্মী। লোহগড় অমসুং ফটেহগড়গী লানবনশিংদা লাম্মী লীশীং অমমম্ থম্লে। পাখঙ ফারক্লবা মচানীপা অজিৎ সিংহসু লাম্মী চাম্মগী মকোক ওইনা লাল চৎলে।

মখা তারকপা লানফমসিদা অপুনবা লাম্মী তেঙ্গোল অদুনা মীগী সমুদ্র পাংখক ওইনা লান্দারক্লবসু কৈগী মতৌগুম্না লাল থেংনরিবা সিখ লাম্মীশিং অদুগী মমাঙদা খাঙবা ঙম্লক্রে। লান্দা ইচঙ থৌবদা মমিং চৎলিবা রংঘর অমসুং গুজর কাংবুশিং ফাওবা লান্নীং হনবা হৌরক্লে। মখোয়গী লুচিংবা জগতুল্লাসু লানফমসিদা তুরম্মী। লাল মনুংদুদা মাগী অশিবা হকচাং অদু ফাওবা লৌশীনবা ঙমহনখিদে। তৌরুবা পুম্নমক অরেম্বা ওইরবদা মখোয়না য়ু পীথক্তুনা ঙাওহল্লবা, য়োৎকী ফুরিৎনা য়োমশীনবা শামু অমা থোঙ নমখায়হন্নবা থাজিল্লক্রম্মী। মতম অসিদা দুনি চন্দ কৌবা সিখ অমা লাম্মী চামঙা পুরদুনা গুরুগী মতেং পাংবা লাক্রম্মী। অদুবু অঙাওবা শামুদু উবদা কিরদুনা মহাক লানফমদগী লোম্না চেনখ্রে। মসিগী পাউসি কোন্না তাবদা গুরুনা অসুম্না হায়খি— "মজাতিনা খুদোংথীবদা তারবা মতমদা মখায় পামুদুনা চেল্লবা মীদুদি হেন্না শাথীবা অশিবা মখল অমনা ঙাইদুনা লৈরবনি।"

দুনি চন্দ অসি কোম্না মী পূন্নমক্লা ইঙ্গোকপিরদুনা জঙ্গলদা চৎলীঙেদা খারৌনা চিক্তুনা শিখি। অসিগুম্বা অঙাওবা শামু অসিবু মনাতোনগা মকোক্তা তাইনবা অহাঙবা মফম অদুদা তানা লেংনবা বচিত্তর সিংহদা অমসুং য়েক্লবগী লাম্মীশিংদুবু লুচিংলক্লিবা রাজা কেশরী চন্দগী মকোক কক্লবা উদে সিংহ কৌবা অথৌবা লাম্মী অনীদা গুরুনা শিন্নখিরম্মী। থবক অনীমক মায় পাক্লা পাঙথোকখি।

মায়থীরদুনা চেনখ্রবা লাম্মীশিং অসিগী লুচিংবশিংনা মোগললশিংদা মত্তেং পাংবিনবা কন্না তকশীনখ্রে হায়বা পাউসি তারদুনা গুরুনা খালসা লাম্মী পুরদুনা আনন্দপুরদগী খরা চখৎলগা লৈবা মফম অমদা লাল শোক্লনবা শেম শারম্মী। গুরুনা লৈরিবা মফমদুদি অতোঙবা মফম্নি। মদুনা খুদোংচাবা হেন্নে। মথংদা মুসলিম তোপ কাপ্পা অমনা কাপ্পকপা মরুনা পান্দুনা গুরুগী মনাই অমা পান্দুনা শিরম্মী। খুদক্তা গুরুগী তেম্না তোপ কাপ্পা নীপা অদুগী থবায়সু লৌরম্মী। মরকসিদা সিরহিন্দগী সুবেদারনা লুচিংলদুনা মোগল লাম্মী থুংলরে। ময়াম্না গুরুদা অমুক হন্নবা হায়রবসু গুরুনা য়ারমদে। লীশীং মঙাগী তেঙ্গোন্দু অহুম থোক্লা খায়দোক্লে। মশানা পন্দুং শেন্নরে, পনমাঙদা মচানীপা অজিৎ সিংহনা অতৈ মরিগা লোয়ননা লাল পুখরে। নুমীত্তুগী লালথমদা গুরুনা সতলুজ তুরেল বাংমা লানবা তাখি। অদুমকপু মোগল অমসুং চীং নিংথৌশিংগী লাম্মীশিংদা কা হেম্না অশিবা য়াওবদগী লালদু তেনশীন্নে; গুরুসু আনন্দপুর থাদোক্লবনিনা খন্দুনা চীং নিংথৌশিংনা হায়জদুনা সুবেদারসু হনখরে। মতম ইকান-কান্নদনা পুং যন্ত্র লোয়ননা গুরুনা আনন্দপুরদা অমুক হল্লিলক্লবদা, অজমের চন্দনা মমল য়ন্নবা অথেনপোৎ কৎচন্দুনা গুরুদা শান্তি নিজরকই। গুরুনা মহাক্কী অপাম্বদুমক থুংহনবিরম্মী।

অসুম্না মতম খরা ইংনা চিক্লা পান্নে। মরকসিদা গুরুনা তুংইনবশিংদা ধর্ম্মগী পাউতাক লেপ্তনা তাহনবিখি। অয়ুক নুংদাংবাই অনীমক্তা সভা তিন্নম্মী। মদুদা শৈশকপশিংনা গুরুগী বাহৈশিংবু শকচরবা তুংদা পরমেশ্বরগী মফমদা থবায় কখোকপা, মহাকপু মতম পুম্বদা নীংশিংজবা অমসুং থৌ পূন্নমক মহাক্কীদমক্লি খন্দুনা পাঙথোকচগদবনি হায়বা অকুপ্পা নীতিশিং অসি গুরুনা তাকপি তম্বিরিম্মী। মতম অসিদা গুরুনা কান্নবা বাফম কয়ামুক থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা তম্বিখি। নে তাবা পুন্দী মতেক অমতং লেম্লীঙে তাঞ্জা অদি রাজা অজমের চন্দনা শরৌ তৌদুনা ব্রাহ্মণ অমা সিখ শাহন্দুনা গুরুগী নাক্তা পাউ লৌনবগীদমক থাজীলক্লম্মী। মহাক্লা মরম ওইদুনা গুরুগী শাগোলশঙদগী খ্বাইদগী চঙখোনবা শগোল অনীখক হুরানহনখি। মসিদসু নত্তনা মহাক্লা গুরুদা চীং নিংথৌশিংগা রবালসর কৌবা মফমদা মেলা মনুংদা উন্নবা হৌদোকখি। বাফম অসি গুরু গোকপী

য়াওনা তুংইনবশিংনসু পাঙ্গরম্মী। মরম অসিনা গুরুনা নিংথৌশিংগা উনবদু য়ারম্মী অমসুং ময়ামদুবু চাকৌরম্মী। অদুবু ব্রাহ্মণশিংনদি জাৎ অতোনবগা চামিন্নবা ঙম্লোই হায়দুনা য়ারমদে। চীংগী মীশিং অদু অন্ধবিশ্বাসতা হকচীন্না থাজবা লৈ হায়বসি খঙলদুনা গুরুনা মাগী তুংইনবশিংদা অসুম্না তাকপিখি— "ঐগী সিখশিংদি অন্ধবিশ্বাসকী মচিঞ্জাক ওইহল্লোই। মখোয়গী ওইনদি মীৎকুপ খুদীংমক অফবা ঙাক্তনি। ঈশ্বরবু থাজবা থম্লিবা মহাক্না করিগীদমক্তা মহাক্কী অরোনবশিংবু পাঞ্জি য়েংবনচিংবা তৌদুনা অন্ধবিশ্বাসকী পাম্বেনা খঙনবা হোৎনগনি।" গুরুনা মফম মতম খুদীংমক্তা মীওইবগী য়াইফনবতা বাখল তৌবিরম্মী।

মতমসিদা হর গোপাল কৌবা বৈষ্ণব অমা গুরুগী মিংনা য়োৎচাবীনা য়োৎপু চিংশিনবগুম চিংশিল্লদুনা মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। মঙোন্দা গুরুনা আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা য়োৎ-খুজী অমসু পীরম্মী। মহাক অসিনা গুরুনা শা চারম্বদু উবদা নীংজবা পুন্নমক অরেম্বা অরে কনখি। বারীসি মহাক্ক সিখ অমদমুক লীরম্মী। সিখ অদুনা পৈশা পীদুনা বৈষ্ণব অসিদগী গুরুগী আশীর্ব্বাদকা য়োৎ-খুজীদুগা অনীসি হন্দোকহৌরম্মী। হর গোপাল মতম খরদংগী মনুংদা কারবার পুংমুৎ মুত্তুনা মরোল-মরাং তাক্লবা মীশক অমা হায়বদু ওইখি। মরকসিদা ব্রাহ্মণ অমগী কন্যাবুসু পথানশিংগী খুত্তগী মজাইবুংঙো অজিত সিংহনা কনখি।

গুরুগী মিংচৎনা লম্মৈ চাকপগুম নোংমা-নোংমগী শন্দোরক্লিঙৈ তাঞ্জা অসিদা সায়দ বেগ অমসুং অলিফ খান কৌবা মোগল সেনাপতি অনীথক লাম্মী তেঙ্গোল পুরদুনা দিল্লীদগী লাহোর তম্না লাক্লম্মী। মখোয়বু নোংমদা লুপা লীশীং অমমম্ পীদুনা রাজা অজমের সিংহনা লাল নেকলুরে। মসিদা গুরুগী লাইগী গুণ চেনবা, থর্ম্মদা থবায় লুপ্পগী পাউসি তারদুনা সায়দ বেগত্তি লাল তৌবদু য়ারমদে। য়াদবদা নত্তনা সিখশিংগী মীচংদা লাল শোক্লবা য়াওখি। অসুম্না গুরুগী অমসুং সায়দ বেগকী লাম্মীশিংনা আলিফ খানগী লাম্মীবু তানখাইখি। সায়দ বেগ হৌজিক মপুং ফানা গুরুগী তুংইনবা ওইনা য়াওররে।

মতম খরা শান্তিদা লৈনরবা তুংদা খঙহৌদনা অমুক চীং নিংথৌশিংনা লাম্মী লীশীং তরা পুরদুনা লান্দরকখি। গুরুগীদি লাম্মী চনীপান খক্তা ঙায়রবনি। অদুমকপু গুরুনা লমহাঙদা থোক্তুনা লাম্থেংনগদবনি হায়বা পাউতাক পীখি। খুৎ চুম্নবা খালসাশিংগী নোংমৈ অমসুং তেন খাঙবা ঙমদ্রবা য়েক্লবগী লাম্মীদু ঙাইহাক্তি নীংহন্দুনা চেল্লম্মী। মদুদা গুরুনা য়ানিংদনা মহাক্কী তুংইনবশিংনো চেল্লিবা লাম্মীশিং অদু ঙায়রম্মী। মখোয়গী মশীং য়ামদবদু উবদা মশীং য়াম্না হেনগ্লবা অচেনবা লাম্মীশিং অদুনা অমুক ওনশীনবা হৌরক্লে। সিখশিংগী ফীভম চারক্তবা তাঞ্জাদুদা গুরু মশামক লানফমদা চোংশিন্দুনা শোক্লবা য়াওরম্মী।

মদুদা থৌনাগী ইনোৎ ফংলবা সিখ লান্মীশিংনা ইকোম কোন্না য়েক্লবগী লান্মী তেঙ্গোনবু মায়থীবা পীখিরম্মী।

থোইনা কুইনা পোখ্খাবা ফংলমদে। চীং নিংথৌশিংনা কন্না হায়জরুব্বদগী সেনাপতি সায়দ খানগী মখাদা লান্মী তেঙ্গোন অমা ঔরঙ্গজেবনা থারকখি। গুরুগী লান্মীদি চামত্তা খক্তা ঙায়রবা মতম্নি। মখোয়দুবু মহাক্কী মুসলিম ভক্ত অনী— সেনাপতি সায়দ বেগ অমসুং মাইমুম খানগী লুচিং মখাদা থম্লে।

গুরুনা মখোয়দা নীংহন্নদনবা অসুম্না তাকপীরম্মী— "লাল গুম্বা হায়বসিদি থম্মোয়দগীনি। অচুম্বা মরম অমগীদমক লাম্থেংনরিবা ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু মায়থীরোই।" মসি তাবদা সায়দ বেগনা লানশিংদুনা চীংনিংথৌ অমগা নাইতোম লম্বা তৌরম্মী অমসুং মথৱায় লৌরম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি মহাক্না সিখশিংগা পূনখিবদুগী থরুম তৌরমলিবা দিন বেগনা তুংদগী খূৎলায় থাদুনা মহাকসু থৱায় মাঙখি। মাইমুম খানসু থৌনা ফুদোক্তুনা লান্দু শোক্লরম্মী। ফীভম অসিদা সেনাপতি সায়দ খান মশামক চঙশিল্লক্তুনা গুরুদা লানশিংলরে। অদুবু গুরুগী অতপ্পা মায়থোং উবদা খূৎলায় হান্না থাবিনবা হায়জরম্মী। মদুদা গুরুনা অসুম্না পাউখুম পীবিখি— "ঐখোয়গী ইমুংগীদি হান্না খূৎ খক থাদে। নহাক্না ঐঙোন্দা খূৎলায় থাদ্রবদি ঐনা নঙোন্দসু কৈদৌঙৈদা খক খূৎলায় থারোই।" মসি তাবদা সায়দ খান্না গুরুগী মখোঙদা তুজখি অমসুং মশামক লাল য়াওরমদে। অদুবু মহাক্না লোয়নরকপশিংনদি লান্দু মখা চখরম্মী। মশীং য়াম্বা হেনখিবনা খাঙবা য়ারক্ত্রবদা আনন্দপুর থাদোক্তুনা থোরক্লে। আনন্দপুর মীখূত্তা তাহৌরে, লম্বুম মুনখ্রে। মায়থীবা অসিদা থম্মোয় চাকথ্রবা লেমহৌরিবা সিখ লান্মীশিং অদুনা গুরুগী মফমদা য়েক্লবা তেঙ্গোল অদুবু তান্নদুনা লমন খুম্নবগী য়াথং নিজরম্মী। গুরুনা পীবিরবদা তান্নদুনা থৱায় য়োনবা লানফমদুদা য়েক্লবশিংবু তানখাইখি, লুট তৌখিবা লম্বুমশিং অমুক হন্না পুরক্তুনা গুরুগা লোয়ননা আনন্দপুরদা অমুক হল্লক্লে।

সীগুম্না চোপ্পা অসিদা পেনখিদ্রবা ঔরঙ্গজেবনা কাজীগী পাউতাক মখাদা চেরোল অমা গুরুদা থারম্মী— "ঐখোয় অনীমক্কী ধর্ম্মনা অমত্তা ওইবা ঈশ্বরবু থাজরি। অদুদি ঐখোয় অনীগী মরক্তা করিগী ভাব তানদবা লৈগনি? কনামত্তনা অল্লাহদগী ফংবা ঐগী নিংথৌগী অধিকার অসিদি মুনবা ঙম্লোই। নুংঙাইত্তবা লৈরবসু চিংনদনা লাকউ, সাধু অমা ওইনা নহাকপু ঐনা ঈকায় খুম্নগনি, মদু নত্তনা ঐবু শীংনবদি তৌগনু, মরমদি মদুম তৌরবদি ঐ ইশামক লাক্তুনা নহাকপু দণ্ডি পীরগনি।" মসিগী পাউখুম ওইনা গুরুনা ইখি— "পরমেশ্বর ওইবা অশেংবা নিংথৌ ওইবা ঈশ্বরদি অমত্তনি। মহাক্কী অনীংবগী মখাদা ইনিংথৌসু ঐহাকসু

চৎলিবনি। মসিবু খণ্ডবীদদুনা মশানা পামজবা লম্বী, ধর্ম্ম তুংইঞ্জবশিংবু অদোম্না ওৎ-নৈবিরি, মরল-মথুম মুনবিরি। ঈশ্বরনা ঐহাকপু থৌদাং অমা পীদুনা থারকপনি— পৃথিবী অসিদা অচুম্বা শাজৎ চৎলহন্নবা ঐঙোন্দা শিন্নরকখিবনি। ঐখোয়গী লম্বীনা খেন্নরিবা মখৈদি ঐনা অদোমগা করম্না শান্তিগী মরী থন্নগনি?" মখা তারকপদা গুরুনা লেপ্তুনা লালগী থৌরাং তৌবা হৌখি।

লালগী নোংলৈ অসি থীন্দনা লাকখি। রাজা অজমের চন্দ মশামক খা-ভারত্তা চত্তুনা ঔরঙ্গজেবকা উন্নরম্মী অমসুং "হিন্দু পুন্নমক মহাক্কী ধর্ম্মদা পুশিন্দুনা মোগল সম্রাটকী মায়োক্তা লাল হৌগদৌরে" হায়বা ৱারোল অমা নিংথৌরেলদা তমশিন্নম্মী। পাখৎলবা ঔরঙ্গজেবনা দিল্লী ঙাক্নবা দরকার ওইবা লাম্মীতমক থনন্নগা সিরহিন্দ অমসুং লাহোরদগী য়াওনা পুবা য়াবা লাম্মী মখৈ পুদুনা আনন্দপুরদা লান্দাক্নবা সিরহিন্দগী সুবেদার ৱজির খানদা শিন্নখিরম্মী। মসিগী মথক্তা চীংগী লাম্মী তেঙ্গোলনসু অমুক্কা মতেং পাংশিল্লে। অসিগুম্বা চাউথ্রবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিনা আনন্দপুর য়ৌরকপদদি গুরুগী তোপ অমসুং তৈঞ্জেনা স্বাগত তৌদুনা লৈরম্মী। মখোয়না লমহাঙদা ওইবনিনা য়াম্না অশি-অনা য়াওরে। মদুগীসু মথক্তা উদে সিংহ অমসুং দয়া সিংহ অনীগী লুচিং মখাদা লাল তকথোরক্তুনা মখোয়না ফাওখিবা মপা অদু ইতাক তাক্কা লৈরে। মেকোলিফকী মোৎ লৌরবদি অহানবা নুমীৎকী লানফমসিদা য়েক্লবগী লাম্মী চামাপল শিখি। গুরুদি চমৎকারনি হায়না লৌনবদু মীয়ামগী পুক্নীংদা ময়েক শেংবা হেল্লক্লম্মী।

মথংগী নুমীত্তা গুরু গোবিন্দ সিংহনা লুচিংদুনা লাল শোক্লখি। য়েক্লবনা মাবু শিনা নৎত্রগা হিংনা ফানবা ফন্না হোৎনখি, পুন্নমক অরেম্বদা তাখি। উপায় লৈত্রবদা আনন্দপুর লাঙ্গোই চন্দুনা থমখ্রে। পোৎ-চৈ পুশিল্লকদবা লম্বী থৎখ্রে। সিখ লাম্মীশিংবু অয়ুক নুংথিন্দা লানবন ৱাংমদা গুরুনা চখোকহল্লমদে, অদুবু নুমিদাংদদি খঙহৌদনা য়েক্লবগী লানশঙদা লান্দাশিন্দুনা পোৎ-চৈ কয়ামুক মুল্লম্মী।

মরক অসিদা ভায় কনহিয়া কৌবা অমনা য়েক্লবা য়েক্লদবা থিদনা অশোকপশিংদা ঈশিং পীথক্তুনা সেবা তৌরে হায়বসি তাদুনা মাগী পাউবু গুরুনা হংখি। মদুদা ভায় কনহিয়ানা খুমই— "গুরুনা মীদি খেন্নবা লৈতে হায়না তাকপীবা মতুংইন্না অশোকপা পুন্নমক ঐগী মীত্তা গুরু মক্তবু ওইনা উজরে।" মহাক্কী ৱাহৈসিদা পেনবিথ্রদুনা গুরুনা মঙোন্দা নির্ব্বানগী আশীর্ব্বাদ পীবিখি। সেবাদা কথোক্লবা মাগী তুংইনবশিংবু "সেবাপন্থী" হায়না খঙনখ্রে।

লাঙ্গোয় চনখ্রবা মখোয়গী অৱাবা য়েংহৈদ্রে। উনা উকু চাদুনা লেল্লে। মীওই চা কয়ামুক্তা গুরুদগী বিদাই নিরক্রে, মদুদা গুরুনা মহাকপু তশেংনা থাদোক্লে হায়বসি চেদা ইদুনা পীয়ু

তাকপীখি। মসিমকসু মখোয় নিফুনা ইদুনা পীরম্মী। "নহাক ঐখোয়গী গুরু নত্তে, ঐখোয়সু নহাক্কী সিখ নত্তে।" অসিগুম্বা মখোয় নিফুসিনা চৎখিবদদি ময়ুমগী থোঙ লোম্লম্লে, নুপীশিং না চঙহল্লে। মথংদা মুকতসরগী লানফমদা মখোয় নিফুমক লাল য়াওরকখি।

লাঙ্গোয় চনবদসু কান্নবা উরক্লবদা চীং নিংথৌশিংনা ব্রাহ্মণ অমা থারকুনা গুরুদা পুনিংবা পোৎ পুদুনা লানবন থাদোকুনা চৎপীখ্রো, মদুদা অয়েৎপা অমত্তা পীররোই হায়হল্লখি। মখোয়গী মপুক্কী ৱাখন্দু উরবা গুরুনা কান্নদবা পোৎমক্তা হাপচীন্দুনা যণ লাবা ময়াম থাদোক্রম্মী। অহীংদা পোৎ পুবা যণশিং অসিনা য়েক্রবগী লানশঙ মপা য়ৌরকপদদি ৱাশক পুম্বা কাউখিদুনা পোৎশিংদু মুন্নবা চাইখাইরে। ফদি-ফরা ওইরম্লবদা মখোয় অদু ওম্থোক্লা ঈকায়বা নংলম্মী।

কান্নররোই খঙলদুনা নিংথৌরেলগী মিংদা হান্নগীদুগা মান্নবা পাউজেল অমমুক থারক্লম্মী। চরা হেন্দুনা শিববুদি লাল শোক্লদুনা শিখিবনা ফৈ হায়বা ৱাফমসি গুরুগী অপোকপী মক্লা ফাওবা হায়রকপদ্দগীদি মদুমক তৌনবা শেম শারম্মী। পুবা ঙমগদবা পোৎশিং য়োমশীল্লে, ফুম্বা য়াবনা ফুমজিল্লে, অদুগা অরেম্বদুনা মৈ থারে। গুরু অপোকপী, গুরুগী মচানীপা অতোম্বা অনী জোরাৱর সিংহ, চহী ৮ অমসুং ফটেহ সিংহ, চহী ৬ অনীবু মমা ইবেম্মা অনী সুন্দরি অমসুং সাহিব কৌরগা লোয়ননা পুন্না হান্না চৎলহনখ্রে। মথংদা মচানীপা অহল অনীগা তুংইনবা চামঙাগা কোন্ননা ১৭০৪ গী ইংবনা চীক-চীক লাউথ্রবা নিংথমথাগী (ডিসেম্বর) অহীং অমদা আনন্দপুর তুংওইনরম্লে।

অসুন্না লাকপনা সিরসা য়ৌরে। মফমসিদা গুরু অপোকপীগা মচানীপা অনীগা উন্নরম্মী। লোয়নবী অনীদি দিল্লীদা থিলহনখ্রবনি। মরম অসিনা সিখ ভক্ত অমদা মখোয়বুসু দিল্লীদা থিল্লুনবা শিন্নখিরম্মী। অদুবু মহাক্লা মখোয়বু রুপরদা মরী-মতা অমগীদা ওইনা লৈহল্লম্মী। মফমদুদা গঙ্গু কৌবা ব্রাহ্মণ অমা থেংনদুনা মহাক্কী মৱা চান্দুনা গুরু অপোকপীনা মশুনীপা অনীগা লোয়ননা খেরী কৌবা সিরহিন্দগী মনাক্তা লৈবা খুঙ্গংদুদা চৎলম্মী। গঙ্গুনা মখোয়গী লম্ছুম লৌহৌবা য়ানবা সিরহিন্দগী নবাবতা মখোয়গী মশক তাকথোক্লম্মী। নবাবনা অঙাং অনীদুবু শিবা পামব্রা নৎত্রগা মুসলিম ওনগেরা হংলম্মী। কৈনবু তোকপা পোকপরা হায়বদুনি। খরা চাউবদুনা খুম্লকখি— "ঐখোয় গুরু গোবিন্দ সিংহগী মচানি— মায়থীবা খঙদ্রবা, চঙজবা হৈত্রবনি। ইবুবোকসু মপুক্কী কৎখি, থাজবদি কৎখিদে। ঐখোয়সু মদুমক তৌগনি।" শাউরবা নবাবনা শহীদ অনীসিবু হিংনা চেক চনশিন্দুনা হাৎখী। মশুনীপা অনী লৈখিদবগী পাউ তাবদা গুরু পোকচবীসু ৱাহুদুনা থৱায় থাখিরম্মী। পুকচেল ফৎত্রবা গঙ্গু অদুসু লন্দুগী মিকানবদা নবাবকী লান্মীগী খুত্তা থৱায় থাখি।

মরিগুবা পন্দুপ

# পুন্সী লোইবা

পরমেশ্বরদা কথোকচরবা থব্বায় পুদুনা গুরু গোবিন্দ সিংহনা মথং-মথং লাকপনা চমকোর কৌবা মফমদু য়ৌরে। মফমসিদা লৈরং তাখত্তুনা শাবা লানবন মচা অমথক লৈ। মদুদা মতম খরা পোত্থারম্মী। অমরোমদনা মোগল লান্মীনা মহাকপু তান্নবসু লেপ্লমদে। অসুন্না চমকোরদা লাল অমুক শোক্লরে। মতমসিদা গুরুগা লৈমিন্নরিবসি লান্মী নিফুখক্তমক ঙায়রবনি। মখোয় অসি আনন্দপুদগী গুরুবু থাদোক্তুনা চৎখিবশিংদুনি হায়নৈ। অয়াম্বা লান্মীদি সিরসাদা মোগল লান্মীবু থৎলগা খুদোংচাবা মফম য়ৌনা গুরুবু চৎলহনখিনবা হায়দুনা থনম্লবনি।

মখোয় নির্ফাসিগী মনুংদা মী মঙাখক্তং হিংহৌখি। চমকোরগী লানফম অসিদা গুরুগী মজাইবুংঙো অজিৎ সিংহ অমসুং জুবার সিংহ অনীমকসু শহীদ ওইখি। মচানীপা অনীনা মায়োক্লবা লানফমদা থব্বায় থাখিবা উরগা গুরুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা কৎচখি—"হে ঈশ্বর, নহাক্কী নরল ওইবশিংদুবু নফমদা অমুক কৎচরবনি।" মসিনি গুরুগী সমুদ্র ইরেলগুম পাক চাউরবা আত্মা।

গুরুগী পুন্সীদা খুদোংথীনিংঙায় ওইরক্লে। য়েক্লবগী লান্মীগী শামিন ফংলক্লে। মতাংসিদা লোয়নবা মঙানা গুরুবু মফমদু থাদোক্তুনা চৎপীখিনবা হায়রম্মা—মরমদি গুরুনা লৈরবদি তুংইনবশিংগী তেঙ্গোল মতম অমদা অমুক শোয়দনা শেমগৎলকপা ঙমগনি। অদুবু গুরুগী পুন্সীনা নিংজবশিংগী পুন্সীদগী হেন্না মমল য়াম্বা নত্তে হায়দুনা গুরুনা মখোয়বু থাদোকউ য়ারমদে। মতমসিদা মখোয় মঙানা গুরুনা তাকপীখিবা পাউতাক অদুমক শীজিন্নরম্মী। মখোয় মঙা চঙদুনা "গুরুমত্তা" হায়বদি ব্রারেপ অমা ইরে— "নহাকপু নীংজবা মী মঙা হেক পূনবদা গুরুসু য়াওরবনি, অপাম্বা থুংহনবিগনি হায়খি। হৌজিক ঐখোয় মঙানা নহাক্কী গুরু ওইনা লানবনসি থাদোক্তুনা থুনা য়াঙনা চৎখিনবা য়াথং পীরি।" নাম্থোকপা ঙমদ্রবা গুরুনা মখোয়বু বরদান পীরম্লগা অহীংগী অমম্বদা মফমদু থাদোরক্লে।

মথংগী নুমীত্তা মখোয় মঙাগী মনুংদা অনী থবায় থাহৌই। গুরুনসু চৎলমদাইদা মোগল লান্মী অনী কাপথুরম্মী। অসুম্না লাকপনা রুপর অমসুং লুধিয়ানা অনীগী মরক্তা লৈবা মৎসিরারাদা চোকথবনা লাকশীল্লবা ফীভমদা থুংলরে। মফমসিদা লেমহৌবা তুংইনবা অহুমদুসু য়ৌরকখি। অসোমদা শিহৌবশিংদুগী মরক্তা সন্ট সিংহ কৌবা খালসানা গুরুগী মতৌগুম ফিজোল শেৎচিনবদগী মহাক্কী অশিবা হকচাংদু গুরুগী ওইনা নীংহল্লম্মী। অদুবু মদু নত্তে খঙলক্রবদা নীংবা কায়রবা মোগল লান্মীশিং অদুনা গুরুবু নৌহৌনা ফানবা হোৎনরক্লে।

হৌজিক মখা তানা খোঙনা চৎপা ঙস্বগী ফীভমদা লৈত্রবা গুরুগী মতেং পাংনবা নবি খান অমসুং ঘনি খান কৌবা হান্না সিখশিংদা শগোল য়োল্লম্বা পথান অনীসিনা গুরুগী মতেং পাংনবা চোংথোরকখি। মখোয়না গুরুবু পলঙ্গ অমদা হাপ্লগা পথান অনীদুগা সিখ অনীগনা দোলাই পুবগুম পুরগা সিখ অমদুনা লোয়নবা মনাই ওইনা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। লম্বীদা মীনা হংলক্রবসু গুরুবু উৎচদগী মুসলিম পিরনি, হাজী চৎলুবনি হায়না খুম্লে। মতৌ অসুম তৌনা উৎ চাইদুনা লম্বীদা লৈরম্বা মোগল লান্মীশিংগী মরক্তা ফাওদুনা গুরু নাম্ভোরকখি। অসুম্না হায়নৈ— মোগল লান্মীশিংদুনা পির অদু মখোয়গা পুন্না চামীন-থকমীন্নরবদি চৎলহনগনি, নৎত্রবদি চৎলহল্লোই হায়রক্রবদা গুরুনা মশামক্তি চরা হেল্লি, চনাল অহিংবদগী হেন্না চাবা য়াদে অসুম্না হায়রগা, মহাক্কী শিষ্য অহুম্বু পরমেশ্বরগী মিং শোল্লগা মখোয়গী চিঙ্গাক্তু চানবা তাকপীখি। পথান অনীদুদা গুরুনা থাগৎপগী চেরোল অমা পীরম্মী। ঙসিসু অদুগুম্বা চে অদু মাঙহন্দনা থম্লিবনি। মখোয় অনীগী মচা-মগুশিংনা সিখশিংদা চেদু উৎপদা অগুম-অঙম্বা মতেং হাপ্নরি।

মথংদা মহন্ট কিরপাল উনরে। সিখ অসি ভঙ্গানিদা লাল শোল্লবা য়াওখিবনি। হৌজিক্তি মোগলশিংবু কিজবদগী গুরুবু ময়ুমদা লৈফম পীদ্রে গুরুনা কিরপালবু থম্নমদুনা জগরাও অমসুং রায়কোট য়ৌরক্লে। মফমসিগী রায় কলহা কৌবা মুসলিম চৌধরী অদুনা গুরুবু তরাম্না ওক্লম্মী। মঙোন্দা গুরুনা থাঙ অমা খুদোল তৌবিরম্মী। মফমসিদগী অমুক লাক্নুনা লখী উমংদা গুরুনা লৈররে। থীন্দনা ভক্ত কয়ানা মফমদুদা তিনবা হৌরক্লম্মী। মফমসিদা লৈরবা মতমদা সিরহিন্দদা মজাইবুংঙো অনী থুপখিবগী রাফমদু তারে। মদুদসু গুরুনা হায়খি— 'নহাক্কী নরল অনীসিসু ইবুংঙো নহাককী নফমদা শিন্নজরবনি।" অমুক্কসু পাম্বী মচা অমা থাঙনা ফুক্লগা লাইবাউ তৌখি—"পাম্বী অসিবু ফৃক্তৎলিবা অসুম্না মীওৎ-মীনৈদা হালেঙদ্রবা সম্রাজ্য অসি মশা-মরেং, মরু য়াওনা থুনমমক ফুক্তুনা লংথোকলরনি।"

জাতপুরাদগী দিনা অমুক য়ৌরে। মতমসিদা সিখ অমনা মশাগী শগোল অদু গুরুদা

কৎচরম্মী। মদুমক নৎলমদ্রবদি গুরুগী খোঙচৎ য়াম্না হেন্না ৱারমগনি। দিনা য়ৌরবদা গুরুনা পারসী লোন্দা "জফরনামা" (লানঙম চিঠী) ইখি। চিঠী অসি ঔরঙ্গজেবকী মফমদা ইবনি। মসিদা ঔরঙ্গজেবনা মশাগী ৱা ঙাকচদবা অদুবু পল্লম্মী। গুরুনা লৈরিবা, সিখতনা থল্লবা বৈরাৱস হায়না খঙনবা মফমদুদা নিংথৌরেল মশামক লাকপা মতমদা মতু নাম্মা শোকহল্লোই হায়রম্মী। মসিদসু নত্তুনা ঔরঙ্গজেবপু ধর্ম্ম নাইদবা অরেপ্পা লৈতবা, মশাবু খোদাদগী হেন্না ৱাংনা থম্বা মীশক্তি হায়না মরীক চুন্না ইরি। অশেংবা নিংথৌদি মপু মহাক্তনি, অদুনা মতম খরগী নিংথৌ শারিঙে মনুংসিদা অতোনবশিংবু, অশোনবশিংবু নৈহৎপিরোইদবনি হায়না গুরুনা পাউতাক পীবিখি। চিঠী অসি ১৭০৬ তা দয়া সিংহ অমসুং ধরম সিংহদা শিন্নদুনা মখোয় অনীনা হকথেঙননা খা ভারতকী অহমদনগরগী লানবন্দা ঔরঙ্গজেবতা খুৎশীন্নখি। নিংথৌরেলনা গুরুবু উনজনীংবগী অপাম্বা ফোঙদোরকখি— অদুবু মখোয় অনী উনবা ফংদ্রিঙৈদা ঔরঙ্গজেব তাইবংপান থাদোকপনা হানখ্রে।

মহাক মশানা খঙজবা লোন্দা, ধর্ম্মগী মীওই অমগী মফমদগী চিঠী অসি ফংবদা ঔরঙ্গজেবকী অমম্বা ৱাখলদা মঙাল লাকপগুম তৌখি হায়নৈ। মসি মহাক্না অনা-ফমুংদগী মচাশিংদা ইবা চিঠীনা সাখী ওইরি— "ঐ ইশানা ইশাবু কনানো খঙজদ্রে; ঐহাক কদোমদা চৎকদৌরিবনো, পাপনা থল্লবা থৱায় অসিগীনা করি ওইরনি ঐ হায়বা ঙমদ্রে। ঐগী পুন্সী শেন্দোং ফংদনা হৌখরে। খোদানা থম্মোয়দা লেঙদনা লৈবিরবসু অমম্বা মীৎ অসিনদি উবা ফংলুদ্রে। ঐগীনি হায়বা তুংগী আশা লৈত্রে। ইশামক্কী আশা মাঙখ্রবদা অতৈগী আশাদি করম্না তৌরুরনি? ঐনা পাপ ওম্থোক্না লঙজখ্রে, তুংদা করম্বা মৈচাক অমনা ঐবু ঙাইরিবগে খঙদে।" (ভিনসেন্ট স্মিথ, **হিস্তরী ওব ইন্দিয়া**, ওক্সফর্ড, ১৯২০, লাঃ ৪৪৮)।

মতুং তারকপদা গুরুনা মালৱা লমদম য়ৌরকখি। মফমসিদা মাঝা হায়না খঙনবা সিখসিংনা গুরুবু নানক্কী শান্তিগী লম্বীদা হঞ্জিনবিনবা তকশীনখি। অদুবু ধর্ম্মগী লম্বীদা ইমুং-মনুং, মরূপ-মপাং, অচানবা কয়া-কয়া কথোকখ্রবা গুরুনা মদু য়াখিদে। ৱাফমসি তাবদা মাই ভাগো কৌবা খালসা নিঙোল অমনা নীপাগী ফিজোন্দা সিখ কয়াবু লুচিংদুনা গুরুগী নাকন্দা লালগীদমক লেপ্পরম্মী।

সিরহিন্দগী ৱজির খান্না লুচিংবা লাম্মী লীশীং তরানা গুরুবু থিরক্নে হায়বা পাউ ফংলদুনা ফেরোজপুর জীলাদগী খিদ্রানা কৌবা লমদমগীদমক খোঙশাল্লম্মী। মরকসিদা মাঝা তেঙ্গোল মচা অমনা মোগল লাম্মীশিং অদু হান্না থেংনরদুনা লাল শোরুরম্মী। মখোয়না থওইনা উথক্তা ফি অঙৌবা ফৌদুনা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন্দুবু কৌশিনখি হায়নৈ। অমত্তা খাক্তনা, মাই ভাগোসু য়াওনা লানফমদা তুরে। মখোয় অসিনা হান্না থৎলমদবা থোক্লুবদি

গুরুগী মফমদা থোকহন্নীংদবা থৌদোক অদুমক থোক্লম্বা য়ারিবনি। পাউসি তারদুনা খুন্তাক-লানসিরবা লানবুংদা গুরুনা চত্তুনা য়েংশিল্লুবদা মহা সিংহ কৌবা লান্মী অমদি লৌশিং খরা লৈরম্বা থেংনরম্মী। গুরুনা পমখৎপিরগা মঙোন্দা অপাম্বা হংবিরম্মী। হায়রিবা সিখ অসিদি মমাঙদা গুরুবু থাদোক্তুনা চৎখিবা নিফুদুগী মনুং চনবা ওইরমলে। মহাক্না গুরুদা মখোয়বু ঙাকপিনবা, থাদোক চে অদু শেগায়দুনা মাঙহনবিখিনবা হায়জরম্মী। গুরুনা মদুমক তৌবিখি অমসুং মখোয় অদুবু ঙাকপিরম্মী। মথং মথং থিরকপদা থীনা শোক্লবা মাই ভাগো থেংনদুনা লায়েংনবা পুরকখি। থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংশিং অদুবু গুরুনা মৈদা দান তৌবিরম্মী।

গুরুনা মথংদা তলবন্দি সাবো তম্না খোঙশানখি। গুরুনা পোখারম্বা মফমনি হায়দুনা হৌজিক্তি মফমসিবু দমদমা সাহিব কৌনরে। মফমসিদা লৈরিঙৈদা গুরুনা ভায় মণি সিংহদা চীনফানা হায়রগা "আদি গ্রন্থ" অমুক ইহনখি। হন্দকমুক ইবসিদা গুরু টেগ বহাদুরগী শৈরেংশিং য়াওহনখি। মশামক্কী শৈরেং অমগা হাপচিনখি হায়নৈ। হান্নগী লাইরিক অদু ধিরমলনা থাদোকউ য়াদবদগী, শিষ্যশিংনা পামজবা মতুংইন্না গুরুনা অইবা পীরবা গ্রন্থ অসি নৌহৌনা ইখিবনি। অসিগুম্বা ভায় মণিনা ইথোকখিবা গ্রন্থ অসিমক্তি ১৭৬২ দা অহমদ শাহ্ অব্দালিনা সনাগী মন্দির থুগাইবা মতমদুদা য়াওখ্রে। অদুমকপু মদুগী মমাঙদা অতৈ কয়ামুক শিন্দোকনহৌই। দমদমা সাহিবতা লৈরিঙৈদা গুরুনা মশাগী খূৎইশিং অমুক্কা চাউথোকহনখি। গুরুগী লোয়নবী অনীসু গুরুগী নাক্তা য়ৌবক্লে। মচাশিংগী লৈফম হংলকপদা, গুরুনা লৈরিবশিংদুবু থিল্লদুনা মচা মরিগী থব্রায় কখোকখ্রবসু মচা লীশীং কয়া লৈরি অসুম্না তাকপিখি।

দমদমা সাহিবপু "নোংমদি মহে-মশিংগী মরু ওইরবা মফম ওইরগনি" অসুম্না গুরুনা তাকপিরম্মী। মফমসি গুরুগী কাশী হায়নসু হৌজিক্তি খঙনরে। মফমসিদা লৈরিঙৈদা য়ামদ্রবদা মীওই ১,২০,০০০ লাইমিং পীবিখি হায়না দা. অর্নেষ্ট ত্রম্পনা ইরি।

গুরু কুইনা লৈথৌ হায়বা য়াখিদ্রে। রাজপুতনা ফাওদুনা খা মায়গৈ পাংলক্লে। গুরুগী পূক্নীংদা লিংজেল মান্নদ্রিবা, পূকচেল খোয়জেল তিন্নদ্রিবা রাজপুত অমসুং মরাথাশিংবু পূনশীনহন্নীংবগী মমি অমা তারম্মী হায়না খোঙচৎ অসিগী মতাংদা অখঙ-অহৈশিংনা লৌনৈ। অসুম্না চৎলিঙৈদা মারব্বারগী ভাগোর কৌবা মফম য়ৌরকপদা ফেব্রুৱারী ২০, ১৭০৭ তা ঔরঙ্গজেব লৈখিদ্রে হায়বা পাউসি তারম্মী।

মতমসিদা মচানীপা অহল বহাদুর শাহদি অফগানিষ্টান্দা লাল শোক্লদুনা লৈরম্মী। খুদোংচাবসি লৌরদুনা মনাওনীপা মোহম্মদ আজমনা ফম্বাল মুল্লম্মী। চিরবা তাঞ্জাসিদা বহাদুর শাহনা মমাঙগী নুংঙাইনদবা পূম্নমক কাউথোকপিদুনা মাগী মতেং পাংবিনবা গুরুদা

হায়জরক্লম্মী। গুরুনা মহাকপু মপাগা মীৎয়েং মান্নদবা, থম্মোয় চাউথোকপা মীওইনি খঙলদুনা শগোল লান্মী চহুম ধরম সিংহগী লুচিং মখাদা থাদুনা লাল পাংখি। ধোলপুর কৌবা মফমদা নুমীৎ হুমনি চুপ্পা অকিবা ফংলবা লাল শোক্লরে। জুন ১৭০৭ কী লানফমসিদা মোহম্মদ আজম লোয়নবা ফম্নাইবা কয়াগা থৱায় মাঙখি। হৌজিক বহাদুর শাহনা সম্রাট ওইরে। সিংহাসন কাবগা গুরুবু লাকপিনবা বার্ত্তন তৌরক্লম্মী।

মী পুন্নমক্না গুরুবু খান্নবসু অসুন্না তাকপিখি— "হিংবা শিবা হায়বসিদি মতম পুন্নমক্তা পরমেশ্বরগী খুত্তা লৈবনি। মরমসি লৈবনা, খুদোংথীবা থেংনদনবা চেনবা হায়বসি ওইথোক্তবনি।" গুরুনা সুন্দরীবু দিল্লীদা থনম্লগা সাহিব কৌরবু পুরদুনা বহাদুর শাহনা লৈরিবা মফম, আগ্রাদা চৎখিরম্মী।

আগষ্ট ২, ১৭০৭ তা গুরুনা আগ্রাদা থুংলরবদা সম্রাটনা হরাওনা ওকচরে। "দুক-দুখী" কৌবা রত্ন থান্নবা থাঙ অমসু খুদোল তৌরে, নিংথৌ ফি পীনরে, মতম খরা লৈবিনবসু হায়জরম্মী। খুদোংচাবসি লৌরদুনা গুরুনা ধর্ম্মগী মিংদা চথরিবা অত্যাচার ময়ামদু নিংথৌদা খঙহল্লম্মী। সিরহিন্দগী নবাবনা মচা অনীবু হিংনা ফুমদুনা হাৎখিবগী ৱারোলসু তম্লম্মী। অদুবু নিংথৌবেলনা ধর্ম্ম তিন্নদবা গুরুবু অসুম্না লুনা তৌবসি উবদা মীৎ নাবা কাঙবু অমা য়াওনৱক্লম্মী। নোংমা দরবারদা ৱারী শানরিঙৈদা সিরহিন্দদগী লাকপা খঙহৈরবা সায়েদ অমনা গুরুদা চমৎকার অমা উৎপিনবা কন্না হেক্তা তকশিল্লক্রম্মী। গুরুনা অহানবদা খুম্মী— "সম্রাটনা খ্বাইদগী চাউবা চমৎকাররনি। খূদক্তা অপীকপবু চাউহল্লি, অচৌববু পীকহল্লি।" অমুকসু হন্না হংলক্লবদা গুরুনা পৈশাবু খ্বাইদগী চাউবা চমৎকাররনি হায়না তাকপিরম্মী। মদুনসু পেন্দ্রদুনা শিখাং খাংনা মখা তানা চমৎকার অমা শেংনা উৎপিনবা হায়রক্লবদা গুরুনা মমীত্তা ঈ কানা ফন্ন চোংখত্তুনা অয়াকপা খোনফমদা লাউদুনা থাংশাঙ শত্তোক্লগা, থাঙতনা অশেংবা চমৎকাররনি, খূদক অদুদা থাজদবা শংগী কোক্কা হকচাংগা তোথাই তাহনবা ঙম্বা পোৎশকনি হায়রক্লম্মী। সায়েদ অদু মতৌ অসুম্না ৱা মখা তাবা ঙমখিদে। কনাগুম্বা অমা ওইরবদি সম্রাটকী মাঙদা থাঙ শৎপগীদমক শিবগী দণ্ডি ফংগদৌবনি। অদুবু গুরুগী গুণদি অঙকপনি। থৌদোক অদুগী মতাংদা ৱাহৈ অমা ফাওবা বহাদুর শাহনা পনখিদে।

নোংমনা সম্রাটনা গুরুদা হায়রম্মী— "ঐখোয়না থাজরিবা অসিদগী হেন্না ফবা অতৈ অমমুক লৈত্রবনি। নরক তানিংদবশিংনা মসিবু ইন্দ্রিবা করিগীনো অঙকপনি।" মসিদা গুরুনা খুমখি— "সম্রাট, শেংদবা পৈশাদি সম্রাটকী শক্তম য়েক্লবসু কৈথেন্দা চত্তে। ঈশ্বর থাজবসু মদুনি। মপাম্বোংগী ময়েক অদু নত্তে; নুংদা য়াওরিবা অদুতনা ঈশ্বরবু পেলহনবা ঙম্মী।"

গুরুনা নোংমদি সম্রাটকী মফমদা সিরহিন্দগী নবাবপু মহাক্কা তৌখিবা কুরানমক্কা য়াদবা থবকশিং অদুগীদমক দণ্ডি পীবিনবা হায়জরম্মী। মদু তাবদা সম্রাট খংপ্রেক খণ্ডলম্মী। নিংথৌ ওইরকপা কুইদ্রিবনিনা চহী অমত্তং ঙাইনবা গুরুদা খঙহল্লকই। মদু তাবদা গুরুগী থৱায় নুংঙাইরমদে। অদুমকপু, মরী পৎ থদৎনবগী মহুত্তা নবেম্বর, ১৭০৭ কী অঙনবা শরুক্তা নিংথৌনা খা মায়গৈ তম্না চৎপগী খোঙচত্তা শরুক য়াখি।

নিংথৌবু হান্না চৎপিরম্নবা হায়জরগা আগ্রাদা গুরুনা মতম খরা সভা ফমদুনা ধর্ম্মগী পাউতাক পীবিরম্মী। জয়পুরদা গুরু অমসুং লোয়নবশিংগা উনরে। মফমসিদা রাজপুতশিংনা গুরুদা ইকায় খুম্নবা উৎলম্মী। মখা তাবা খোঙচত্তা সম্রাটকা পূন্না খা ভারতকী লম্বীদা লাকমিন্নরে। বুরহানপুর য়ৌরকপদা সিখ ভক্ত অমনা গুরুদা য়ুম অমা কৎচরম্মী। মফমসিদা মতম খরা গুরু লৈহৌরে, বহাদুর শাহনা মখা চথখি। অদুবু গুরুগা চৎমিন্নবগী অপাম্বা ফোঙদোরকপদগী অমুক হন্না চৎমিন্নরম্মী। মতমসিদা গুরু মশাগী ওইনা খোঙমী কয়ামুক্কা তাশাং পায়বা শগোল লান্মী চনীদগী চহুম ফাওবা লোয়নদুনা চৎলম্মী। অসুম্না লাকমিন্নবনা ১৭০৮ গী সেপ্তেম্বরগী তংখাই চল্লকপা অদুৱাইদা নান্দের য়ৌরে।

নান্দের য়ৌরবদা মাধো দাস কৌবা য়াম্না শক্তি লৈ হায়নবা বৈরাগী অমগী খাঙপোক্তা গুরুনা চঙলম্মী। বৈরাগী অসিগী আষণ অসিদি অতোপ্পা অমনা ফম্বা ঙমদবা, হেক্তা লংথোকপগুম্না তৌবা ওইনা তৌই। অদুবু গুরুনা নিঙায়দনা কাখত্তুনা ফম্লে। মাধো দাসনা স্নান তৌরুরগা হল্লকপদা শকখঙদবা অমনা মাগী আষণদা ফমদুনা লৈরম্বদু থেংনবদা পূমঙক ঙকখরে। মদুগীসু মথক্তা মশামক্কী হামেঙ অম্না লৈজবদু হাত্তোক্লগা য়াইদুনা হাউনা চারম্বদু উবদা অমুক্কা হেন্না শাউবনা পন্দোন লোমখ্রে। মহাক্কী অশাউবদু কোকহন্দুনা গুরুনা অসুম্না তাকপিরম্মী— "ঐদি চোকথরবা লংফৈ চৎপনি, অদুনা মীবু স্বাগত তৌবদা মমিং লৈরবা বৈরাগী নহাক্কী কুটির য়ৌবদা পোত্থাফম লৌদুনা অফংবা চারম্বনি। মদুগীসু মথক্তা নহাকপু তাইবং থাদোকপা বৈরাগী অমা ওইবদগী কনগে থন্না লাকপনি। ঐহাক গোবিন্দ সিংহ হায়বদুনি।" ৱাফমসি তাবদা মাধো দাসনা গুরুগী মখোঙদা তুরদুনা "ঙসিদগী হৌনা গুরুগী ননাই 'বন্দা' ওইরবনি" অসুম্না হায়জরম্মী। মহাকপু তুংদসু বন্দা সিংহ নৎত্রগা বন্দা সিংহ বহাদুর হায়না খঙনরকখি।

বন্দা সিংহবু লাইমিং লৌবিরগা গুরুনা মঙোন্দা থাংশাঙ অমগা তেঞ্জে মঙাগা পীরম্মী অমসুং মহাকপু মতম চুপ্পদা অতোপ্পা নুপীদা হন্না য়েংদনবা, থবক তৌমিন্নরিবা পূম্নমক্তা মান্নবা মীৎয়েংনা অমত্তনি খন্না য়েংনবা, খালসাগী নুংগী ইচেল মতুং ইন্না মখোয়গা পূন্না ৱা তান্নরগা থবক চথনবা য়াথংশিং অসি পীরম্মী। অদুগা অমুকসু পরমেশ্বরবু থম্মোয়দা

মতম খিবিক্তা শাগোম্নদুনা লায়রবা, অতোন-অতাগী মতেং পাংনবা, ফত্তবা তৌবশিংবু দণ্ডি পীনবা, লম্বী লম্ফে চত্তনবা চেকশীন্না তাকপিরদুনা, মহাক্না মপুক্নীং অনী লোঙদনা মসি তৌরিবমখৈদি গুরুন্না মতুংদা লেপ্পিগনি হায়না খঙহল্লম্মী।

গুরুন্না বন্দা সিংহদা শিন্নখিবা থবকশিংদি— সাধোরা কৌবা মফম অমদা আক্রমণ তৌদুনা গুরুগী মতেং পাংজখিবা বুদ্দু শাহ অমসুং লোয়নবশিংবু হাৎখিবগী লমন খুম্বা, সিরহিন্দ চত্তুনা সুবেদার ৱজীর খান অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুংবু তুন্না মাঙহল্লুবা অদুগা মদুগী মথংদা মরম ইরৈ লৈতনা গুরুগী মায়োক্তা থবক তৌখিবা, মোগল সম্রাটমক্কা খুৎশন্নদুনা মহাকপু মাঙহন্নবা তৌখিবা, মখোয়গী মতেং য়াম্না দরকার লৈরবা মতমদা মীগী মীচংদা লেপখিবা চীং নিংথৌশিং অদুগা ৱা লোইশিন্নরুবা অসিনি। গুরুন্না সিখ পুন্নমকপু থবক অসিগীদমক বন্দা সিংহগী মখাদা থবক তৌনবা চিঠি অমসু ইরম্মী। অসুন্না মহাকপু বিনোদ সিংহ, কাহণ সিংহ, রাজ সিংহ অসিনচিংবা মথৌনা লৈরবা খালসা লান্মী খরগা লোয়ন্ননা অম্বালাদা লৈবা বুরিয়া কৌবা মফমদা অহেনবা লান্মী ঙাইরুনবা থাখিরম্মী। গুরু মশামকসু মখোয়গী মনাক্তা থুনা য়ৌরক্কনি হায়নসু তাকপিরম্মী। মসিনা তাকপদি অরোইবা মীৎকুপ ফাওবদা গুরুন্না মজাতি অমসুং ধর্ম্মগী নীংতম্বা ফংনবগীদমক মতমদুগী ওইনা মীওৎ-মীনৈগী শক্তম লৌরিবা মোগলশিংগী মায়োক্তা লাম্থেংনগে হায়না খনখি হায়বসিনি।

বন্দা সিংহনা চৎথ্রবদা সোমদা গোদাবরী তুরেল তোর্ব্বান্দা গুরু লাই নীংদুনা লৈহৌই। মহাক্কী কুটিরদা ভক্ত কয়ানা থাপ্ল-থাপ্লবা মফমশিংদগী দর্শনগীদমক লাক্লখি। নোংমা গুরুদা সিখ অমনা তাঙলবা নুংগী খুদোপ অমা কৎচরম্মী। ঈশ্বরগী ৱাখলদা লুপলিবা গুরুন্না খুদোপ অদু গোদাবরী ঈপাক্তা লৈতৃম থাদবগুম থাদথোকখ্রে। মথরায় নুংঙাইজদ্রবা সিখ অদুনা লংথখিবা মফমদু তাকপিয়ু, অমুক খুঞ্জগে হায়না হায়জরম্মী। মদু তাবদা গুরুন্না, মতম অমদা বহাদুর শাহনা খুদোল তৌরকখিবা তাঙলবা রত্নগী খুদোপ অমমুক লৌথোক্লগা তুরেন্দা থাদরগা "অসিদনি" হায়না খঙহল্লম্মী। থৌদোক অসিনা তাইবংপানগী ললবু গুরুন্না করম্না লৌবগে হায়বদু ময়েক শেংনা তাকই।

থোইনা কান্নদনা গুরুন্না সাহিব কৌরবুসু দিল্লীদা থারম্মী। অদুবু নোংমগী গুরুগী মায়থোঙ উহৌদনা চাবা থকপা তৌজদবা সাহিব কৌরনা চৎপা ঙমজরোই হায়রবদা, গুরুগী হকচাং খনবা খুৎলায় মঙা মঙোন্দা পীরদুনা, মদুদা গুরুগী শক্তমদু উবা ফংগনি হায়না তাকপিরদুনা চৎহনখি। অরোইবা মতম য়ৌশিল্লক্লে হায়বসি গুরুগী পুক্নীংদা মতম অসিদা ফাওরকপগুম তৌখি হায়না লৌনৈ।

সাহিব কৌরনা দিল্লী তম্না খোঙশানখ্রবা মতুং নুমীৎ ইকান কান্নদনা নহা ওইরিবা পথান অমখক গুরুম্না ফমুংদা পোখাগে তৌরকপা মতমদুদা চঙলকখি। মহাক্কী মমিং অসি সন্তোখ সিংহগী মতুং ইন্না গুল খান কৌই হায়; অদুগা "অখবারাত-ই-দরবার-ই-মুলা" গী মতুং ইন্না লৌরগনা জমশেদ খান কৌই হায়রি। নীপা অসি নুমীৎ খরনিগী মমাঙদগী হৌনা গুরুম্বু নীংজবা অমা ওইনা মফমদুদা লৈরকপনি। অদুনা মহাকপু কনানসু চিংনখিদে। গুরুম্না মঙোন্দা প্রসাদ পীবিরম্মী। পুকচেল ফৎত্রবা অসিনা প্রসাদ অদু হাউনা ফংজরে। মঙোন্দা অহীংগী বিদায় পীরদুনা গুরুম্না চেপথরকপা তাঞ্জাদুমক্তদা মঙালনা লংলবা গুরুগী হকচাংদা থাঙনা অনীরক থৌগন তৌখিরম্মী। তেন্না পাল্লবা নোংশাগুম খৃৎলৈ থুনা ঙংদুনা হৌগৎলগা গুরুম্না তান্নদুনা চেল্লিবা মীহাৎপদু মঙক ককখি।

মীহাৎপা অসি সিরহিন্দগী সুবেদারনা মঙোন্দা লমন খুন্নক্তনবা গুরুবু হাৎনবা থারকখিবনি হায়বসিগী প্রমাণ হৌজিক্তি মতীক চানা লৈরে। অশোকপা মফমদু ফোৎচিন্দুনা হীদাক থাদুনা গুরুগী ফীবম ফগৎলকপা হৌরবনি। বহাদুর শাহ মশামক্না খ্বাইদগী ফবা হকিম খল্লগা থারকখি হায়নবসু য়াওই। মরিনি চনবা নুমীত্তা গুরুম্না লীরুং অমা লীরী পান্নবা হোৎনরম্মী। মদু খরা হেন্না লিংবা অমা ওইরম্লে। খঙহৌদনা তাইশিন্নবা হৌরক্লবা মফমদু অমুক চেকখায়রকখি। ভায় সন্তোখ সিংহগী ব্বারোলদনা গুরুম্না মরিনি চনবা নুমীত্তা হীপথবদা অনোপ-অতিং তৌবদা চেকখায়রকপনি হায়। চৈনাখোল ফংলবদা গুরুম্না মচা মনাইশিংবু কৌশিল্লক্রম্মী। পাখৎলবা শিষ্যশিংনা চেনশীনবা মতমদা গুরুগী মায়থোঙদা অঙকপগী মশক ওইরবা চীং-লেম্বা অমসুং শান্তিগী মমি তারম্মী। অদুবু মখোয়না করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্কদৌরে হায়বসি চিংনদবা ঙমখিদে। গুরুম্না তপ্না হায়রকখি— "মীওইবনা কিনরিবসি শিববুনি। ঐদি পুন্সীচূপ্না মসিগা লোয়নদুনা লাক্লবনি। অশিবগা কয়ারক হুন্না মীৎচানখ্রবনি। ঐগী ইতুং ইনগদবা নখোয় পৃম্বসু অসুম্না তৌগদবনি। অশিবগী মরানয়াইদা ঐদি বরনা কন্যাগী ময়ূমদা লুহোংনবগী বর যাত্রা চৎপগুম চৎকনি। ঐগীদমক নখোয় অব্বাবা উৎকনু। মরমদি ঐঙোন্দা কখোক্লবা নখোয় মঙানা হেক হেক পুনবা মফমদুদা ঐহাকসু মতম পুন্নমক্তা লৈগনি।"

ময়াম্না মথংগী গুরুগী ব্বাহং তৌনরকপদা গুরুম্না হায়বিখি— "গ্রন্থ সাহিবতা য়াওরিবা ব্বাহৈশিং অদুনা মথংগী গুরু ওইগনি। মদুদা ঐবু থিবদা নখোয়না ঐবু ফংগনি। মতুং অসিদদি মসিবু গুরু পুন্নমক্কী মশকনি হায়না লৌগদবনি। পৃথিবীসিদা ঈশ্বরবু শক তাক্লবা ঐহাক লাকপনি। নখোয়দা মহাকপু শিন্নরবনি। মাগী লম্বীদা চৎলিবমখৈ মহাক্তনা নখোয় পুম্বগী লমজীংবা, ঙাকপী- শেনবিবা অমসুং চঙজফম ওইরগদবনি।" ব্বাফমসি "সুর সোভা" কৌবা

লাইরিক্কী মতুং ইন্নদি গুরুনা খালসাবু মথংগী গুরু খল্লম্মী হায়নসু ইরি। অনীমক মপাম্থোংগী ৱানি, মনুংদদি খেন্নবা লৈতে। ধর্ম্মগী মিংদা মশাগী শক্তি তানবা মসন্দশিং মূথৎপ্ৰবা তুংদা গুরুনা মথংগী গুরুবু "আদি গ্রন্থ" নি হায়না লাউথোকপিদুনা লাক্কদবা মতমদা ফম পায়বনচিংবগী ৱাথোক থোরক্তনবা তৌখি। হৌজিক্তি নুপী নীপা খায়দনা মতীকপু চারবিদিমী অমনা হেক্তমক "আদি গ্রন্থ" গী সেবা চৎচবা য়াই। মহাক অদুবু "ভায়" হায়না খঙনৈ।

ফিশেং হোংলদুনা গুরুনা অরোইবা প্রার্থনা "অর্দাসা" থীখি। কুবর সিংহগী "গুর-বিলাস" কৌবা লাইরিক্কী তুংইন্না হৌনবী মতুং ইন্না গুরুনা "আদি-গ্রন্থ" বু মরিরক হন্না কোয়রগা পৈশা অমসুং য়ুবী কত্তুনা গুরু ফম থিন্দোকখি। মচা-মনাইশিংদা মাগীদমক ৱাদনবা অমসুং নীংশিং ফুরানচিংবা শারক্তনবা তাকপিখি। লানফমদা চঙলমদাইদা তৌবগুম খ্বাঙলাক ফাজীল্লে, লেংবান্দা লিরূং য়ানশিল্লে অদুগা খূত্তা নোংমৈ অমা পায়রদুনা অরোইবা ওইনা তিল্লিবা পূন্নমক্তা "ৱাহেগুরু জি কা খালসা, ৱাহেগুরু জি কি ফটেহ" হায়বা ৱাহৈনা বিদায় পীরম্লগা যাত্রা ওইখি। মথংগী নুমীত্তা মৈদা দান তৌরগা উৎ ফুমখিবা মফমদু নুংনা চন্দুনা থমখি। খালসাশিংনা গুরুগী সমাধীবু মফম তাক্তনা থম্বমক্তি পামজখিদে।

মঙাশুবা পন্দুপ

# ৱারোইশিন

মশাগী চহী মাপন্দা ঙায়রিঙৈদগী য়েক্লবশিংগী খারবা মীৎয়েং মরক্তা লাকঙম ফাওমদ্রবা নোংশা মচা ওইনা চাউরকখিবা ১০শুবা সিখ গুরু গোবিন্দ সিংহ মীওইবা মরক্তা অতাওবনি। মীওইবগী ধর্ম্ম অমসুং পুন্সীগী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক মহাক্লা নীংহন্নদনা লাল শোক্লখি। কখোকপা য়াবা পুন্নমক কথোকখি। মশাগীনি হায়বা কৰিসু খাকচহৌদে। নীংবা কনবগী মতেংতনা শোল্লবা উচেক মচাশিংদা কল্লবা খুনুখরং শেগায়বা ঙন্নবগী পাঙ্গল, থৌনা হাপ্পিরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা, মহাক্লা থূপগ্রবা চহী অহুমখক্কী মতুংদা বন্দা সিংহগী লুচিং মখাদা পঞ্জাবকী ময়ায় থংবা অমসুং খা-নোংপোক থংবা শরুক অয়াম্বা লৌশীনবা ঙমদুনা দিল্লী ফাওবা থক-থক নীকহনখি। সিখ খূদীংমকপু হাৎননবা হোৎনরক্লবা, লৈকুৎ-লৈরায়, উমং-ৱামংদা চেন্দুনা লোৎনরক্লবা মতমদু ফাওবদা মখোয় অমত্তনা য়েক্লবদা চঙজখিদে। নোক্লা-নোক্লা থরায় কৎনখিবনি।

মসিদসু নত্তে। গুরুনা শুক্মৎনিংঙাই মশক ওইরবা খূৎই, শৈরেং কয়া চান-চানবা ৱাগ কয়াদা লেংদুনা থম্লিরম্মী। লাম্নীগী খুন্নাই অমা শেমগৎপদা নত্তে, ঈশ্বরগী মফমদা কথোক্লবা, নীংহন্নদ্রবা লাইনীংবা লাম্নীগী জাতি অমসু শেমগৎপিখি। লাল জয় তৌরবসু মহৈদু গুরু গোবিন্দনা লৌখিদে। মহাক্কী ওইনদি লালগী মহৈদু লোকপা নত্তে, মরু ওইবদি, নীতি-নিয়ম, চৎন-লোনচৎনা জাতি অমগী মশক লেপকদবনি হায়বসি অচেৎপা থাজবনি। অদুগুম্বা জাতিবু শাগৎপদা জাৎ, কুচু ধর্ম্ম খায়বা য়াদে। গণতন্ত্রগী যুম্ফম লৈথোন্দুনা পুন্নমক্লা য়ানবা থৌশিল-থৌৱাং অদু পুখৎকদবনি। মসিদনি ইতিহাসকার টোইনবীনা হায়রম্লিবসি— "গুরু গোবিন্দনা চহী চনীগী মমাঙদা লেনিনগী ৱাখল হৌদোকপিরম্লবনি।" মশাগী কয়ামুক খঞ্জদবগে হাযবদা— গুরুবু ঈশ্বর অদুমক্কি হায়না খনবা য়াওরবদি, মী মহাক অদু নরক্কী কোমদা তাগনি— অসুম্না মশানা ইজবা "বিচিত্তর নাটক" তা ইরম্লিবনি।

মহাক্কী বিচার তুংইন্না লৈবাক্কী ৱাফম লাকপদা খালসাশিংনা কোক চুংশিন্নে, মরন্নাই

থৌওং চথদে। মখোয় পুন্নমক্কী ওইনা "গুরমত্তা" হায়বসিনা অরোইবনি। অহানবা ওইনা সিখ জাতিবু মপুং ফারবা মীওইবা হায়বদু ওইহনবিরম্মী। মসি অঙকপা অবদান অমনি। লাম্মী, লৌমী, য়ুম পুবা মী, লাইনীংবা পুন্নমক মী অমগী মশাদা শুনা য়াওহনখি। গুরু নানক্কী মতমদগী হৌনা চত্থরকপা— সিখ অমগী আইগী শরুক তরা থোকপগী শরুক অমা খায়জিন্নবা, সেবা তৌবা অমসুং অপূনবা চাকখুম লিংবা হায়বশিং অসি কায়দনা চত্থহনখি। ধর্ম্মগী মফমদা চঙজবদা ফিজেৎকী অকরুবা শকফম থমখিদ্রে। শিনফমগী অকরুবা থমখিদ্রে। মতৌ অসুন্না গুরু গোবিন্দ সিংহনা তৌবিরম্বা দানদি আত্মা মীৎকপা থোক্লবা, লনাইগী স্বার্থ থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী লম্বীদা চঙশিন্দুনা পুন্নমক্কী কান্নবদা লুপ্লবা মীওই কাঙলুপ অমা শাগৎপা অসিনি। শন্না হায়রবদা গুরু নানকনা পুন্সীদা অর্থ পীরম্বগুম, গুরু গোবিন্দ সিংহনা শিবদা অনৌবা থৌদাং অমা হাপ্পীরম্মী।

সায়দ মোহম্মদ লতিফনা গুরু গোবিন্দবু— "লাইশঙদা কানুন পীবা, লানফমদা লম্বা লৈতবা লাম্মী, মসনদশিংগী নিংথৌ অমসুং খালসা সমাজদা ফকিরনি" হায়না শীংথানখি। অরোবিন্দো ঘোষনা গুরুবু খালসাশিংগী গণতন্ত্রগী মশক লেপ্পিরম্বা আত্মানি হায়না মোৎ পীরি। সর গোকল চন্দ নরাংনা হায়খিবা— গুরু গোবিন্দনা ভারতকী মীনায় য়োৎহ্লিং থদৎপমক ঙমখিদ্রবসু, আত্মাদা নীংতম্বগী মশক্তি মীৎকপ থোকহল্লম্লে হায়বসি চুমথ্রবা রাফম্নি। প্রোফেসর বেনরজীনসু গুরুবু ধর্ম্মগী লুচিংবা অমা ওইনা তেনগ্রবা চহী ৪২ গী পুন্সীদা পাঙঙমদ্রবা থবকশিং পাঙথোক্রম্বনি হায়না শীংথারি।

১৮ শুবা চহীচাদা সিখশিংগী নীংতম লানগা খূৎশম্নদুনা লাক্লবা ইমুংদগী হৌরকপা অইবা ভাঙ্গু রতণ সিংহনা হায়— "গুরুনা খালসা শেমখিবদি লায়রবা লৌমীশিংবু নিংথৌ ওইহন্নবনি, মরমদি মতম অমদা মখোয়না গুরু গোবিন্দ সিংহ কৌবা অমা মালেমসিদা লৈরম্মী হায়বসি হেক হেক নীংশিংলক্কনি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


১। মেক্স অর্থর মেকোলিফ, দি সিখ রিলিজন ঃ *ইটস গুরুজ, সেক্রেদ রাইটিংস এন্দ অথরস,* ভোল্যুম - ৫শুবা, এস চান্দ এন্দ কো, নিয়ু দিল্লী - ১৯৬৩।

২। দা. গোপাল সিংহ ঃ *এ হিস্তরি ওব দি সিখ পিপল* (১৪৬৯-১৯৮৮), ৱার্ল্ড বুক সেন্টর, নিয়ু দিল্লী - ২, ১৯৮৮।

# গুরু গোবিন্দ সিংহগী বিচিতর নাটক্কী
# শরুক খরা

(১)

গুরু গোবিন্দ সিংহনা পরমেশ্বরবু থাংশাঙ অমা ওইনা লৌজে অমসুং য়েক্সবশিংবু মাঙহনবদা তেংবাংবিনবা হায়জে।

প্রেম ভক্তিনা পুন্দুনা ইকোক নোঞ্জে নফমদা শেংলবা থাংশাঙ।

তেংবাংবিয়ু ঐহাকপু থবক মপূং ফানা পাঙথোকপা ঙমজনবা।

* * *

নহাক্তি নিংথৌশিংবু লাকশীনবা ঙম্বনি, ফত্তবশিংগী লান্মী তেঙ্গোলবু মাঙহনবিবনি, লানফমদা থৌনা ফবশিংগী লৈতেং ওইরিবনি।

চোকথবা নাইদ্রবা নহাক্কী পাম্বোমনি, নঙালনা পূমলং লংবনি, নহাক্কী নশেক নঙালনা নুমীৎকুম মীৎ থকহনবনি।

নহাক্না অফবা তৌবশিংদা নুংঙাইবা পীবিরি, ফত্তবা তৌবশিংবু অকি-তুজুং পোকহনবী, পাপিশিংবু চাইখাইবিবি, ঐবু শেন্নবিনবা নিজরি।

খুকুমজৈ। খুকুমজৈ তাইবংব্রু শেম্বীবা, জীবশিংবু কনবিবা, ঐগী য়াইফ ইবুংঙো, নহাকপু খুকুমজৈ, হে থাংশাঙ!

* * *

ইকোক নোঞ্জবি খুত্তা তৈঞ্জে পাযবিবা মঙোনদা; অকিবা লৈত্রবা মহাক্কী মফমদা ইকোক নোঞ্জবি,

ঈশ্বর পূন্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা হৌজিক্কী মতম, তুংগী মতম অনীমক্তা লৈরিবা ইবুংঙো নফমদা ইকোক নোঞ্জবি,

* * *

অকোনবা থাংশাঙ, মযা অনী পানবা থাংশাঙ, কোল্লগা শাংবা থাঙপাক অমদি অতেনবা

থাঙ নফমদা ইকোক নোঞ্জরি।

হে পরমেশ্বর, নহাক্কী শক্তমদি মতম পুন্নমক্তা অমত্তনি; নহাক্তি হোংবা নাইদবনি।

খুরুমজৈ গদা পায়বা

মরোল তরামরিদা মঙাল পীনবিরিবা মহাকপু।

খুরুমজৈ তেঞ্জৈ, নোংমৈ ওইবা মহাকপু,

খুরুমজৈ অমকপা লৈত্রবা, অকিবা খঙদ্রবা, তেকপা নাইদ্রবা থাংশাঙ মহাকপু;

খুরুমজৈ শক্তি লৈরবা গদা অমদি তাশাং ওইবা

অতোপ্পা মান্নবা অমমুক লৈত্রবা মহাকপু।

খুরুমজৈ চক্র পায়রিবা

খুরুমজৈ কল্লবা য়া পানবা মহাকপু;

পোৎলমশিংনা শাবা নত্তবা, অকিবগী মশক ওইরবা মহাকপু।

খুরুমজৈ পুন্নমক্তগী হেন্না শক্তি লৈরবা মহাকপু,

খুরুমজৈ তেঞ্জৈ অমদি তোপ ওইবা

য়েরুববু মাঙহনবিরিবা মহাকপু।

খুরুমজৈ থাংশাঙ অমদি নারোন থাঙ ওইবা

পাপিশিংবু মাঙহনবিরিবা মহাকপু।

খুরুমজৈ শস্ত্র কৌনবা খুৎনা পায়বা খুৎলায় পুন্নমকপু।

খুরুমজৈ অস্ত্র কৌনবা কাপতুনা লংদুনা শীজিন্নগদবা খুৎলায় পুন্নমকপুসু।

* * *

নহাক্না ওলহনবীরি ঐগুম্বা জীবফাওবা নাপী মকাদগী চীংজাওবু; নহাক নত্তবা অতৈ কনা লৈতে লায়রববু য়োকখৎপিবা।

হে ঈশ্বর, নহাক্না শোয়দনা ঙাকপীয়ুনে ঐগী ইরালশিং; ঐগুম্না ইরাল লংজবা লৈতে অতৈ কনাসু।

নহাকপু সেবা তৌজবা পরিবারশিং লম্বুন্না লৈতেংখ্রে।

কলি যুগ অসিদা, অতৈ যুগ খুদীংদা থাংশাঙ মাগী পাঙ্গল্লবা পাম্বোমদা থমজরি থাজবা পুন্নমক,

* * *

মীৎকুপ অমগী মনুংদা সুম্ভ নিসুম্ভগুম্বা হিংচা-কোটিবু মাঙহনবিবা;

মীৎকুপ অমগী মনুংদা ধুমর্লোচন, চান্দ, মুণ্ড অমদি মহিখ হিংচাশিংবু লাকশিনবিবা,

মীৎকুপ অমগী মনুংদা চামব বঞ্চিসব অমদি বক্তিসন হিংচাশিংবু তাম্নোকপিখিবা কবিগীদমক ননাইনা রারুনি নহাক্তুম্বা অফবা মবুংঙো অমা ফংজববদা ?

* * *

মাঙহনবা ঙম্বা ইবুংঙো মাগী মফমদগী থরায় পূদুনা চেল্লবদি, করম্বা মায়েগদা চেনগনি মদুমতং মহাযযু।

মীওইবা জীব কৌবনা ভগবান মঙোন্দগী নাম্নোকপা ঙমগদ্রা থাংশাঙ হায়গত্তুনা মহাক্না নজ্র লালাউ লাউদুনা লৈববদা?

মপু মহাক্না পীনবিবা থাঙফমদগী নাম্নোক্তুনা চেন্নবা পুথোক্তি উপাই অমতসু।

কবিগীনো অপঙবা, মঙোন্দগী নাম্নোকপসু ঙম্নবোযদবদা মাগী মফমদা চঙজফমবু লৌদ্রিবা?

* * *

শোল্লবে নহাক্না কোটি কয়াবক কৃষ্ণ বিষ্ণুগী মিংবু, রামচন্দ্রগী হজবতকী ধ্যান্দা লেল্লবে পূক্নীং লূপ্না,

ব্রহ্মাগী মিংবু জপ তৌকবে, শিববু থম্মোযদা লাৎলুবে, নহাকপু কনগদৌবিবদি নত্তে মখোয অমত্তসু।

নুমীৎ শীংবুম লৌশীং লখানি প্রাযশ্চিত্ত লখাবক তৌকবে, নহাকপু মদুনা পৈশা অঙাঙবী অমা তৌবোইদৌবি উকনবু।

অপাম্বা ননাং থুংনবা মন্ত্র হন্না শোনবনা নঙোন্দা শেনখায অমগী কান্নবসু ফংহল্লোই, শিবা মহাক্কী খুৎথাদগী মখোয অমত্তনা নহাকপু কনবিবোই।

* * *

কবিগী তৌবি তৌশিন্নবা প্রাযশ্চিত্তশিং ঈশ্বরশিংগী মফমদা? পৈশা অঙাঙবী অমগী চাং কান্নবসু যংলোই।

শিবগী থযাক্তগী মশাবু কনবা ফাওবা ঙমদ্রবদা কবন্না মখোযনা নহাকপু কনবা ঙমগনি?

অশাউবগী মেরী থোক্লবা কুণ্ডদুগী মথক্তা মশামক যান্দুনা লৈবিবা অদুগুম মখোযনা নহাকপুসু মৈথক্তা থাংগৎলনি।

খলহৌ খলহৌ ঙসিমক হে অপঙবা, নথম্মোযদা খঞ্জহৌ, পবমেশ্বরগী কৃপা নত্তনা নঙোন্দা কবিনত্তা কান্নবোই।

* * *

মতমচুপ্পা রা ভাঙদনা লেবনা, নাপল থাদোকপা মালহনবনা, ধর্ম্মগী ফিজোল অমা

শেৎচিনবনা, লু শীৎ নান্না কোকপনা,

ঙক্তা মালা শিবনা, কোক্তা জটা পুবনা ফংবা ঙমলোই পরমেশ্বরবু।

অচুম্বনি ঐন্না হায়জরিবসি, পুক্কীং চঙনা তাবিয়ু - অতোন অতাশিংগী মফমদা মীনুংশি থৌজান উৎপীবা মহাক্কী মখোঙ খাদা চংজবা নত্তনা

মহাকপু নুংশিজবা নত্তনা ঈশ্বর মহাকপু করম্না ফংগনি? থৌজালহৈবা মহাক্তি পেন্দবনি হকচাংগী উনশা ককপনা (সুনত্)।

* * *

ঈথৎপুম্বনা ইনবা চে ওইরবসু, সমুদ্র তরেৎনা মূক ওইরবসু;

উপাল পুম্নমক য়ানথক্তুনা কলম মক্তা শেম্লবসু;

চহী লখা কয়া সরস্বতীনা ইনাক্তা লেপ্তুনা তাকপীরবসু; গনেশমক্কী খূৎনা ইখূৎ ওইনা ইরবসু,

মাঙহনবা ঙম্বা থাংশাঙবু পায়রিবা ইবুংঙো, নহাক্কী নফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চবা নত্তনদি নহাকপু ঐহাক্না ঙমজরোই খজিক্তফাও পেলহনবা।

(২)

লোয়্থোক্তবসু শাস্ত্র তরূক থীরক্কনি, খোঙতেকপসু চীংজাও চীংদোন লোমগে হায়রক্কনি,

মীত্তাংবসু উরক্কনি, নাপংবসু তারক্কনি, ঈশ্বরনা থৌজানবু পীবিরবা।

* * *

পঙলবা বুধিনা, হে ঈশ্বর,

নগুণবু করম্না শীংথারুনি?

নহাকপু থাগৎপা ঙমজদরে,

হোৎনজরিবা অসিবু চুমথোকপিয়ু;

তীল ওইবা ঐহাক্না করি করিবু হায়জগনি?

নহাক্তনি, হে ঈশ্বর নশাগী গুণবু নীংথিনা খঙবা।

মচানা মপাগী পোক্ল-মীৎকুপ খঙদগুম

নহাক্কী অথুপ্পদুবু ঐহাক্না করম্না ফোঙদোকপা ঙমগনি?

নগুণনা লৈতেংবু ওইবিরী নহাক্না;

ঙম্নরোই কনানসু মসিবু উৎপা।

ইশাগী থবকপু খঙবিরি নহাক্না, হে ঈশ্বর।

অচৌ-মচা কনানা তাক্কনি নহাকপু?
শেষনাগ কৌবা মকোক লীশীং পানবা শেম্বিখিবা নহাক্না,
লীশীং অনী মরৈ মাগী পাল্লিবা,
শোল্লি-শক্তি হৌজিকফাও ঙমখে লৈত্রি নমিংশিংবু;
লোইবা ঙমদে মহাক ফাওবনা ইবুংঙো।
সৃষ্টিবু নহাক্কী তাক্কনি করম্না কনানা?
লৌশিং মাঙলে মাঙলে খঙনবা হোৎনজবদা
খঙবা ঙমদ্রে কনানা ফোঙঙমদ্রবা নওংবু;
তাকচগেকো অচৌবা নীতক ননাইনা।
ফংজরবা নহাক্কী নুংশি মীৎয়েং সেবাবু,
অতৈ পৃম্বা লংশেক্লম নগুণতবু ইজ-শকচগে।

* * *

লীরগে হৌজিক ইশাগী ইতিহাস
সোধী য়ুম্নাক্না হৌরকখিবা করম্না।

* * *

পরমেশ্বরনা শাফোঙলকপা কান্দুদা,
সংসার অসিবু শেম্বীখি মহাক্না।
অফবা কর্ম্ম তৌরিবা মীওইদুবু
খঙনৈ চন্নে দেবতাশিংগী লক্তা;
সংসারসিদা লৈরগা ফত্তবা কর্ম্মবু চখরিবা
কৌনৈ মহাক্তুবু দানব।

* * *

অহানবা নিংথৌদি কালসেন কৌই;
মহাক্কী মপাঙ্গল, মওং অতৈ অমনা হেন্দ্রবা, চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা,
লম্বা অমুক লৈত্রবনি।
অনীশুবা নিংথৌনা কালকেট কৌই;
অহুমশুবা নিংথৌ ওইনা ক্রুরবরাসপু হাপখি সংসারসিদা;
মরিশুবা নিংথৌদি কালধুজ কৌই লৈঙাক চুপ্নী পায়খিবা।
শাগৈ অসিমক্তদা রঘু কৌবদো পোকখিদো,

মখোয় অদুদগী চঙখোল্লবা অজ কৌবা পোক্লকখি,
দোলাই থৌবদা, লীরুং-তেন্দা লম্বা অমা লৈত্রবা।
মহাক অসিনা যোগীগী ফীজোল থোল্লবদা,
রাজ্য অমসুং সিংহাসন অনীমক পীরম্মী মচা দশরথতা,
ওইখি মহাকসু লীরুং-তেন্দা মপা লৈতনা হৈশিংবা।
অপাম নুংশি ঈহৌরক্তুনা কন্যা অহুম লুহোংই।
অহানবা মজাইবুংঙো যুবরাজ রাম,
অনীশুবা ভরত, অহুমশুবা লসমন, মরিশুবনা শত্রুঘন।
চহী শাংনা পাল্লম্মী;
নোঙ্গায়বা তুংদুদা স্বর্গ লাইরৈবাক ফংজখি।
সীতাগী মজাইবুংঙোশিং, লহ,কুশ অনীমক কোন্না
নিংথৌ ওইরকখি,
রাজ্যশিংগী সিংহাসনশিংগী লৈতেংবু ওইরখি।
পঞ্জাব কৌবা লৈবাক্কী নিংথৌগী রাজ কন্যাশিংদুগা
পুন্সী লৈপুন শেম্বা মতমদুদা,
যজ্ঞ-যাজ্ঞ পাঙথোকখি মশীং থীঙমদনা।
অদুগুম্বা মফমদুদা লিংখৎপিরম্মী শহর অনী মখোয়না,
অহানবদা কশুর, অনীশুবদা লাহোর।
মমিং য়াম্না লৈখি অনীমক।
লঙ্কা অমদি অমরাবতি, ইন্দরমক্কী শহরদো, মখোয়বু উরুবদা
ঈকায়রদুনা মায়থোঙ লূকখি।
কুশ লহ অনীমক চহী শাংনা পাল্লম্মী,
অরোইবা মতম য়ৌরক্লবদা অদুবু অশিবগী কোঙ্গোয়না হুক্তুনা
পুখি মখোয় অনীসু।
মচা মশু খিবিক্না পৃথিবী মপুংয়ায়সিদা লৈঙাক ব্বায়েন তৌরমখি।
মখোয় অদুগী ইতিহাসপু কয়াম্না হায়জবা ঙম্নি ঐনা?
অদুক য়াম্বা মিংশিংদু লোয়নমক নীংশিংবসু ওইথোক্রবদা।

* * *

অসুম হায়না হায়নরি, কালকেট, কালরায় অনীগী

ধারা সন্তান মশীং ওম্বোক্লা য়াম্লম্মী।
কালকেট কৌবা নিংথৌদো কল্লী পাঙ্গল ওম্বোক্লা,
তাম্বোকপিরবা মহাক অদো সনোধ[১] লৈবাক্তা চেনখরে
মফমদুদা রাজকন্যা লুহোংলুরে।
মখোয় অনীনা পোকচবা মচাইবুংঙো
মপানা থোঞ্জখি সোধী রায়।
মতম অসিদগী হৌরদুনা সোধী শাগে থোরকখি।
পূন্নমক্তগী শেংলবা পরমেশ্বরনা শেম্বীরকপনি।
সোধী রায়না থম্বিরম্বা মচা-মশু পূন্নমক
তাইবংপানসিদা সোধী হায়নবু খঙনরি।
মীয়ামশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইরকখি মখোয়না,
মখোয়গী সম্পত্তি চাওখৎলকখি নোংমা নোংমগী
মনীংতম্না হাইনা হুম্না পাল্লকই
রাজ্য কয়াগী নিংথৌং কয়া জয় তৌরকই।
মফম মফম খুদীংদা ধর্ম্ম মপাউ শন্দোরকই,
কোক্তা ছত্র খাল্লকই,
রাজ অভিষেক কয়াদা যজ্ঞ কয়া পাঙথোকখি।
মতম কুইরবা তুংদুদা পুকচেল খোইজেল তিন্নরক্রে,
সাধু বৈষ্ণব কনানসু মখোয়বু খামজিনবা ঙমদরে
অকনবা, লাকঙমদ্রবা লান্মীশিং ঝমাৎ-সজ্জা তৌরবা শগোলশিং তোংদুনা চৎলক্রে,
খৃত্তা খুৎলায় পায়খত্তুনা লানফমদবু চোংথোরক্রে।
লম্থুম লৌরী শীংজা হায়সিদি খৎনফমগী মরুনি লিরবা,
মখোয়বু ফংনবা হোৎনবদা তাইবংনা থওয়না থব্বায় থানরী।
মোহ-মায়া অমদি অহংকারনা তাইবংদা খৎনা-চার লিংলরী;
কাম ক্রোধ অনীনা তাইবং পুম্বা জয় তৌররি।

---

[১] সনোধ হায়বসি বনারস ময়াদা লৈরম্বা রাজ্যনি। মফমসিগী প্রজাবু সনোধী হায়না খঙনৈ। সনোধী হায়বদগী কোন্না সোধী কৌনখি।

(৩)

পঞ্জাবতা অমুক হন্না সোধী কাঙবুনা হন্নক্তুনা কুশুগী চাদা-নাউদাগা লাল শোক্লখি। কুশুগী চারোল-শুরোল মখৈদো লানফমদা মায়থীবা নংলবদা বনারস পাংনা চেনখরে, বেদ পাদুনা লেনখরে।

(৪)

বেদ পাদুনা লেনখিবা তাম্থোরক্লবা কুশুগী চারোল-শুরোলশিংদুবু বেদি হায়না খঙনখি।
ধর্ম্মগী মায়কৈদা মখোয়না মথৌদা পূক্লীং লূপশিনখি.
পঞ্জাবকী নিংথৌনা মখোয়গী মফমদা সন্তাইনবগী চেরোলবু থাজখি
হান্নদগী লৈরকপা য়েক্ল-য়াখল পূম্বা কাউরসি হায়বা য়াফম হৌদোকখি।
নিংথৌনা থারকপা দুত অদো বনারসপু য়ৌখরে
চেগী চেরোল হায়ররে লৈরম্বা বেদি পূন্নমক্তা।
য়াফম অদু তাবদা বেদি পূম্বা হৌদুনা পঞ্জাব মায়কৈ তন্না চৎলকলে,
লৈবাক্তুদা থুংলবদা নিংথৌ খুয়া চঙজরে।
মখোয় খ্বাই খিবিক্তা নিংথৌনা বেদ থীনবা তাকপীরে।
মচিন-মনাও, শাগৈ-নাতৈনা অকোয়বদা ফমথনখ্রবদা
মখোয় খ্বাই অদুনা সাম বেদ, যজুর বেদ থীরকলে,
অদুদগী ঋগ বেদ থীরকলে, খূৎ হায়র-হায়রদুনা,
অরোইবদা অথর্ব বেদ অমুক থীরকলে।
নিংথৌ পূমপেন পেনখরে
লৈজপূম্বা কখোকলে মখোয়দা।
উমংদা লৈনবা থৌরাংখ্রে
মপাপ পূম্বা কোকচনীং।
মখোয়দা রাজ্য পীথোক্লম্লগা
রিখি ফিজোল শেৎখরে।
প্রজানা নিংথৌবু খামজিঞ্জে
পেন্দবা নুংঙাইতবা পূম্নমক নিংথৌ নাকোংদা হাপখিদ্রে,
সম্পত্তি বৈভব থাদোক্লম
ভগবানগী প্রেমদা লূপচখরে।

* * *

বেদিশিংগী লুচিংবা লৈবাক ফংবদা পেনখরে,
থম্মোয়দা নুংঙাইবনা ঈহৌরক্তুনা সোধী নিংথৌদা পীখরে বরদান,
'নানক কৌদুনা ঐহাক্না কল যুগতা লাকপদা,
সংসার অসিদা নহাকপু পূজা তৌনবা মী ওইহল্লগে, ৱাংবদগী ৱাংলবা থাক অদুদা থমলগে।

* * *

ঐখোয়দগী নখোয়না বেদ অহুম তারেদো,
মরিশুবা বেদ তাবদা নশাগী রাজ্য ফাওবা পীথোক্লে।
মপোক অহুম পোক্লগা[১]
মরিশুবা মপোক্তা নহাকপু গুরু ওইহনগে[২]
সোমদনা সোধী নিংথৌ উমং তন্না চংখরে,
অমরোমদনা নিংথৌ খুভম ফংবদা বেদি নিংথৌ হৱাওজরে।
ৱারীসিবু কদায় ফাওবা শন্দোক্না তাকচগনি ঐহাক্না?
ঐগী খুৎই অসিবু হেন্না চাওখিগদ্রা খনবদা অৱাবা পোকলে ঐহাক্তি।

(৫)

মখা অসুম চংথরকপদা বেদিশিংগী মরক্তা খৎন-চৈনা তোয়রক্লে,
কনা অমত্তনসু য়ানবা পুরকপা ঙম্নদ্রে।
ভগবানগী ইচ্ছানি
অসুম তৌনা চখরে নানক্কী মপোক যুগ য়ৌদ্রিফাও।

* * *

বেদিশিংগী শাগৈদা, পোক্লরবা নানক রাই,
শিষ্যপুম্ববু নুংঙাইহল্লি, হন্দক্কী মপোক মথংগী মপোক অনীমক্তা তুংইনবা মীপুম খুদীংদা নুংঙাইববু পীনরি।

* * *

ধর্ম্ম রাজ্য লিংখৎপি কল যুগসিদা মহাক্না,
সাধু ওইবা খুদীংদা মহাক্না লম্বী তাকপীখি।

---

[১] গুরু নানক, গুরু অঙ্গদ অমসুং গুরু অমর দাস। [২] হায়রিবসি গুরু রাম দাসপুনি।

পাপ্পা খুরৌ থাংলরোই
মহাক্কী খুনামবু তুংইঙ্গবা মঙোনদা।
ঈশ্বরনা লৌথোকপী অরাবা অমদি পাপ খিবিকপু
মহাক্কী ধর্ম্মবু তুংইঙ্গরবা মহাক অদুগী!
চৈনাখোলনা অরাম খৌরাংবনা খক ওৎলদে মঙোন্দা,
অশিবগী কোঙ্গোয়দা খক থুরুবা লৈত্রে মহাক্তি।
নানকনা লৌজখি অঙ্গদগী দেহবু,
অসুম্না শন্দোকপিখি মহাক্না ধর্ম্মবু সংসারদা।
মতুং অমমমুক তারকপদা নানকপু কৌরকখি অমর দাস,
মৈরা অমদগী অমমুক মথং চুখৎলকপগুম।
আশীর্ব্বাদনা মপূং ফারকপা পুংফম অদু য়ৌরকপদা,
রাম দাস সোধীনা গুরু অমুক ওইরকখি।
থায়নদগী চৎনরকপা আশীষকী তুংইন্না অমর দাসনা মঙোন্দা
পীনবিখি গুরু পদবী,
স্বর্গগী মায়কৈ তন্না খোঙলেঙখি মশামক।
ধর্ম্ম শক্তম্নবা নানকপু ইকায়খুম্নরকই অঙ্গদ ওই,
অঙ্গদ মহাক অদুনা অমর দাস শায়োন লৌ,
অমর দাস কৌবনা রাম দাস অমুক ওই।
থম্মোয় শেংবা মখৈনা উবা ফংজে মসিবু, জ্ঞাণ য়াওদবা
মখোয়দি উবা ফংদে পূন্নমকসি,
খল্লী মখোয় খুদীংবু তোঙান তোঙানবা শক্তমগুম;
অতাঙবা মপোক্তা পোক্লবা মখোয় খরা অদুনদি মখোয়
পূন্নমক অসিবু অমত্তা ওইনা খঙজখি।
মসিবু খঙলবা মখোয়না মপূং ফাবা জ্ঞাণবু ফংজখি—
খঙবা ঙমদ্রবা মখোয়দুনা মপূং ফাবা জ্ঞাণবু ফংঙমদে।
বাইথুংশ্রবদা রাম দাসনা পরমেশ্বরগী খুয়াদা,
গুরু পদবীবু থিন্দোক্লম্মী অর্জুনদা।
পরমেশ্বরগী শহরদা অর্জুন্না অমুক চৎশ্রবদা
হর গেবিন্দবু ফমহনবিরম্মী মহাক্কী ফম্ফমদা।

মহাক্না পোকচবা মচানীপা হর কৃষন কৌবনা তুংদা
গুরু ওইরকই।
মহাক্কী তুংদা লাকপনি টেগ বহাদুর কৌবদো,
হিন্দুশিংগী হকচাংদা চন্দন থিনফম কনবিখিবা,
উরীক নগুণ কনবিরম্বা,
কল যুগ মনুংসিদা পংখৈ লৈতবা থৌনা উৎপীরম্বা।
সাধু বৈষ্ণবশিংগী খন্দুনা মশাগী থৱায়বু কৎথ্রবদা,
খোঞ্জেল অমা থোকহন্দনা মশাগী কোকপু কখোকখি।
স্বধর্ম্ম কন্নবা শহীদ মিংথোন লৌজখি;
মশাগী কোকপু কখোকখি নীংবা মায়গৈদগীদি হোংখিদে।
ইশ্বরনা চানবা মখোয়না ইকায় পোৎলুম পুরিদো
তৌশিন্নবা শাজিন্নবা মখোয়দুনা পাঙথোকপা চলাকশিংদু উবদা।

(৬)
ইশাগী ইতিহাস লীরগে,
পরমেশ্বরনা ঐহাকপু সংসারসিদা মতৌ করম্না পুরকখিবা
তপ তৌরিঙৈ মরক্তুদা ঐহাক্না
হেম কুন্ট কৌবা চীংজাওদুদা
চীংদোল তরেৎনা ঙাম্বোইরিবা—
সপ্ত শৃঙ্গ কৌবা মফমদুদা—
রাজা পাণ্ডুনা যোগ সাধন তৌখিবা।
মফমদুদা ঐহাক্না অকনবা তপস্যা চথখি
শক্তি লৈরবা অশিববু মফমদুদা ঐনা নীংজখি।
অসিগুম্বা তপস্যা চথজখি ঐহাক্না
পরমেশ্বরগী মফমদা থৱায়সি তিনবা হৌরকখি।
ঐগী পালেম পম্বৌ অনীসু শকউদবা মহাকপু
পুজা-যত্ন তৌজখিবনি,
মহাক্তগী মকাদা তিঞ্জনীংখি মখোয়সু।
থোইরেন গুরু মহাক্না

পেনবিগ্রে মখোয়গী লাইনিংদা।
পরমেশ্বরনা য়াথং তৌবিদুনা
পোক্লকখি ঐহাক কল যুগ অসিদা।
পামজখিদে ঐহাক্তি খোঙদারকপা,
লুপচরবদা থবায়সে মহাক্কী চরণ কমলদা।
পরমেশ্বরনা ঐঙোন্দা চঙখোনবা ৱাহৈনা তাকপিখি,
য়াথং অসি তৌদুনা সংসারদা ঐবু থারকখি ঃ—
'সংসারসিবু ঐনা শেম্বদা
হান্না শেমখি দানবশিং, য়েক্লবা মীওৎপা ঙম্না
ওইরকখি মখোয়না।
মপাম্বোমগী পাঙ্গলগী ময়ায় কারকখি মখোয়দো
পরমেশ্বর ওইবা ঐহাকপু মখোয়না নীংবা তোক্লকখি।
অশাও মৈরী কাদুনা খুদক্তা মাঙহনখি মখোয়বু।
দেবতাশিংবু পুথোকখি মখোয়গী মহুৎ শিন্নবা ঃ
মখোয় ময়াম অদুসু যজ্ঞ অর্পণ তৌবদা মীয়ামগী
প্রার্থনা তাবদা মথৌ চিনবা ওইখরে,
মখোয় মশানা মশাবু পরমেশ্বর ঙাক্তা কৌজরক্লে।
মহাদেবনা মশাবু মাঙনায়দ্রবা ভগবান কৌখরে।
বিষ্ণুনসু মশাবু ইশ্বরনি হায়না লাউথোকখ্রে;
ব্রহ্মানসু মশাবু পরম ব্রহ্মনি হায়জরে,
কনানসু ঐহাক ইশাবু ইশ্বর ওইনা খনখিদ্রে।
মদুগী মতুং তাবদা শেম্লে ঐনা সাখি নীপান[১]
জীবশিংবু য়েংশিনবগী থৌ পীরে ঐনা মখোয়দা।
মখোয়না অমুক মীয়ামদা মখোয়বু পুজা তৌনবা হায়রক্লে,
"ঐখোয় নত্তনা লাই লৈতে" অসুম্নবু খঙহন্লে
হৌফম ওইবা অদুবু খঙদবা মখোয়না
মখোয়বু লাইনি খন পুজা তৌরে,

[১]মায়কৈ নিপান ঙাকপা দিকপালশিংবুনি হায়না লৌনৈ।

কয়া কয়াননো নুমীৎ থা পূজা তৌরিবা!
কয়াননো মৈকৎ পোৎলম তমলিবা! কয়াননো
নুংশিৎ মাবু ইরাৎলিবা!
খরনা লৌনখরে নূংবু ইশ্বর ওইনা।
কয়াননো ইরুজরিবা শাস্তিক নিয়ম কায়দনা!
কয়াননো ধর্ম্মরাজবু অথোইবা বিচারপতি ওইনা লৌদুনা,
ধর্ম্মগী শিষ্ণা কয়া পাঙলিবা মহাকপু কিজবা মক্তনা!
জীবশিংবু য়েংশিন্নবা ঐনা হাপখিবা মখোয়দুদি,
সংসারসিদা খোঙদাবগা মশাবু ইশ্বর কৌখরে।
ঐগী য়াথং কাউখরে,
মশাগী মগুণদা লূপখরে।
খঙখিদ্রবদা ঐহাকপু মখোয়না,
পুথোক্লে ঐনা মীওইবা।
মীওইবা কৌবা অসিসু নাপনগী শাফু ফংলক্লে,
নূংদগী মখোয়না লাইয়াম শাবা হৌরক্লে।
মতুং তাবা অসিদা সিদ্ব সাদ্ব পুথোক্লে,
ফংদ্রে পরমেশ্বর মখোয়সু।
লৌশিং চাউবা পুম্বনা তাইবং সংসার অসিদা
মশাগী সম্প্রদাই লিংনখরে,
শেম্বিবা মপু মহাকপু কনাসু ঙমদ্রে ফংবদি
য়েক্লবা, মুন্নবা, নাপল অসুম অসুম হেনগৎলক্লে।
তাইবং মীওইবা কৌবসে মশানা হৌজবা মৈফমদা মউ মনা
খাক্তনা চাকলক্লে,
মখোয় কনামত্তনা ঐগী লম্বেলদা চৎখিদ্রে।
আত্মা-জ্ঞাণ খরমখৈ ফংজরবদি মখোয়না
মশাগী লম্বী পুথোরক্লে।
পরমেশ্বরবুদি কনানা খঙবা কৌবা লৈখিদরে,
মশাগী নাপল উৎপদা অঙাওবা পাংখক ওইনখ্রে।
মখোয় কনা অমত্তনা অশেংবা মরুবু শকখঙদ্রে,

মখোয় খুদীংমক অসে মশাদা লূপতুনা লৈনরে।
মতুং তারকপা অদুদা পরম রিখিশিং পুথোকলে
মখোয়দুনা কোন্নদি মশাগী সিমৃতি চৎনহল্লে।
সিমৃতিনা শুস্কাৎলবা মীশিংদুনা
ঐহাকপু পূজা তৌনবা থাদোকখ্রে।
ঐগী চরন্দা তশেংনা থম্মোয় লূপচবশিংদুদি
সিমৃতিগী লম্বীদা চৎলুদে।
ব্রহ্মানা বেদ মরি শেমদুনা
পূন্নকপু ঙাক্না চৎলহনখি;
ঐগী চরন্দা মশাগী নুংশিবা কথোক্লুবশিংদুদি
বেদশিংবু থাদোকই।
বেদশিংগী বিধান, ধর্ম্ম গ্রন্থশিংগী বিধান পূন্নমক
থাদোকলবা মখোয় অদুনা
পরমেশ্বর ওইবা ঐঙোন্দা মপুক্কীং তশেংনা কথোকই।
অশেংবা ধর্ম্মবু তুংইল্লিবা মখোয় খিবিক অদুগী
মখল কয়াগী পাপশিং অমত্তা থাক্তনা কোকচরগনি।
মশাগী অৱাবা খাঙলিবা
ঐহাকপু লেপ্তনা নুংশিরিবা,
পূন্নমক চৎকনি স্বর্গদা,
ঐহাক মখোয় হায়বগী খেন্নবা পলবু লৈররোই।
অৱা চৈথেংদগী থাপতোকপা,
ঐহাকপু থাদোকলদুনা, বেদ সিমৃতিগী তুংইনবশিং
নরক কোমদা তারুরনি,
মপোক কয়া নাইরনি।
মখা তারকপা ওইনা দত্তাত্রে শেমখি ঐহাক্না
মশাগী লম্বী পুথোকপা মহাকসু অসুম হৌরকখি,
খুজীন-খুয়া ককখিদ্রে, কোক্তা জতানা লৈতেংখ্রে,
ঐগী পূজাদা পুক্নীং চংখিদ্রে।
মতুং তারকপা ওইনা গোরখ শেম্মী ঐহাক্না

মতীক চাউরবা নিংথৌশিং ওইহনখি শিষ্য মশাগী,
মখোয়গী মনাশিং হুৎলগা নাদা সনা শিবিরে
ঐগী প্রেমগী লম্বীদি কাউথোকখরে মহাক্তি।
মতুং তারকপা অসিদা রমানন্দ পুথোকলে
বৈরাগী ফিজোল থোনখরে,
ঙক্তা উগী মালা শিখরে,
ঐগী পূজাদা খোয়জঙখিদ্রে।
ঐহাক্না শেম্বিখিবা মখোয়না
তোঙান লম্বীশিং মশাগী লেপ্তুনা পুথোক্নরকই।
মসিগী মতুং তাবদা ঐহাক্না মুহম্মদ পুথোকলে
আরবকী নিংথৌ ওইহল্লে।
মহাকসু মশাগী লিংখৎলে অতোপ্পদি ধর্ম্ম অমা,
মতুং ইনবা পুম্বগী ইন্দ্রিগী উনশা ককথৎহল্লে,
মীপুম খুদীং মহাক্কী মমিংবু তত্তুনা শোলহল্লে;[১]
মীওইবগী থম্মোয় লকাদা অশেংবা মিং অদুবুদি
কনানসু য়েকপিদ্রে।
মখোয় পূম্নমক অসিনা মশাদগী হেন্দোক্তনা লৈখরে,
পরমেশ্বর ওইবা ঐহাকপু মখোয় কনানসু শকখঙদ্রে।
নহাকপু ঐগী ইচা ওইনা লুনা চান্না থম্নকপনি,
ঐহাক্কী ধর্ম্ম শন্দোক্নবা নহাকপু ঐনা পুথোকপনি।
চৎলো মফমদুদা শন্দোকলুরো ঐহাক্কী ধর্ম্মবু নহাক্না,
সংসার অসিবু থিংলুরো তৌহৈদ থবক তোক্নবা।'

* * *

খুবাং চাংজৌ তরা লোন, ইকোক নোন্না হৌগৎচ পাউখুমজৈ ঐহাক্না ঃ—
'তেংবাংবিরবদা নহাক্না ধর্ম্মতনা সংসারদা জয় ওইগনি নহাক্কী।'
ৱারম অসি লৈবদগী থারকখি ঐবু পরমেশ্বরনা।
মীওই মপোক্তা পোক্তুনা তাইবংসিদা খোঙদারকখি।

[১]মুহম্মদ, রসুল অল্লা।

মহাক্কা তাকপীরকপা রাদুবু মীওইবদা ঐহাক্কা তমজরি:
য়েক্লবা লৈতে ঐঙোন্দা কনা অমত্তগী মফমদা
ঐবু পরমেশ্বর কৌরিবা মখোয় খুদীং লোয়নমক
নরক্কী কোমদা তাগনি।
ঐহাকপু খঙ বিয়ু পরমেশ্বরগী মনাই খক ওইনা:
কৈদৌঙেদা চিংনগনু হায়রিবা রাফম অসিবু।
মনাইনি ঐহাক্তি পরমেশ্বর মহাক্কী,
সংসারগী অঙকপশিং য়েংজগে খন লাকপনি।
ঈশ্বরগী থৌদা রারোলশিং তাইবংপান্দা ত স্বনি,
শিনাইবা মপোক্তা পোক্লবা মীওইবা কনাবু কিদুনা
তুমীন লৈবা খক তৌরোই।

* * *

ঙাঙলবদি ঙাঙগনি পরমেশ্বরগী রাহে ঙাক,
অতৈ অতোপ্পা অমগী মরা তাবা লৈররোই।
ধর্মগী ফিজোল শেৎপসু ঐগী থরায়না পেঞ্জদে;
শকউদবা মহাক্কী মরু চার লিংবনি।
ঐহাক্তি নত্তে পূজারী নুংগী
ধর্মগী ফিজোল শেৎপসু ঐগী থরায়না পেঞ্জদে।
মপান্নাইদবা মহাক্কী মিংলেনতবু শকচগে,
পরমেশ্বরবু ফংজগে।
কোক্তা জতা পূজরোই.
নাদা সনা য়াঞ্জরোই,
পরমেশ্বর নত্তনা অতৈ কনা অমদা থৌগল-লাংগন চঙজরোয়।
পীনরকপা শিষ্টা ঈশ্বরনা অদুতবু তৌজগনি।
অমত্তং ওইবা মিংদুবু হন্না হন্না শোঞ্জগে
অদুতবু শোনবদা মফম খুদীং খুদীংদা শেন্দোংতনা থম্লিদো।
অতোপ্পা মিং অমা শোঞ্জরোই,
অতোপ্পা ঈশ্বর অমগী থম্মোয়দা আযন থাজরোই.
লোইনাইদ্রবা মহাক্কী মিংলেনতবু শোন্দুনা ধ্যান্দা লুপচগে ঐহাক্তি,

অথোইবা মঙান্দুবু ফংজগে।
নমিংতনা ইশাসে থুমহৎলবনি, হে পরমেশ্বর;
ময়ায় কাবা লৈজদ্রে অতৈ মিংথোল অমদা।
পূন্নমক্তগী অথোইবা নহাক্কী ধ্যান তপ তৌজগে,
মথৌ অসুম তৌদুনা লোইনাইদ্রবা পাপশিং মাঙহল্লগে।
ঐদি শুন্নাৎপ্রবনি নহাক্কী নওং অদুনা;
অতৈ খুদোল অমনা ঐবু অমুক শুন্নাৎলরোই।
শোঞ্জগে তক্তনা মিংলেনবু,
লোইনাইদ্রবা অন্নাবা কোকচগে।
অন্নাবা, পাপ অনীমক খক চঙদে মঙোন্দা
নহাক্কী নমিং অদুত্তবু থম্মোয়দা থাগোন্নরিবা।
অতৈ অতোপ্পা অমগী ধ্যান্দা লূপলিবা মখোয়দি
ন্যায় তর্ক হোৎনবদা লেপ্পা থন্নায় মাঙলনি।
দিব্য গুরু মহাক্কা ধর্ম্মগীদমক থারকখিবনি ঐহাকপু :
মরম অসি লৈবনা লাকখিবনি ঐহাক মফমসিদা—
'থাজবসিবু ঐহাক্কা শন্দোক্কদবনি মফম খুদীং;
ফত্তবা তৌবা, পাপি পূন্নমকপু ফাদুনা মাঙহনগদবনি।'
খঙবিয়ু নখোয়গী আত্মানা মসিবু সাধু ওইবশিং।
পোকলকখিবনি ঐহাক্তি মীওইপোক্তা
ধর্ম্মসিবু শন্দোক্নবা, সন্টশিংবু কন্ননবা
অত্যাচারিশিংবু মরু ফুক্তোক্নবা।
অহানবা থোকখিবা অবতারশিংনা
তাইবংদা মমিংবু শোলহনখি।
পরমেশ্বরগী ময়োক্তা লেপখিবা কনাবুসু মখোয়না হাৎখিদে,
অশেংবা ধর্ম্মগী মখোয়না ফাৎলমদে লম্বী অমতসু।
তাইবংসিদা লাকখিবা ঘাউজ[১], হজরতশিংদুনা
তাইবংপানসি থাদোকখি মশাগী ন্নাফমতা হায়রদুনা।

[১]য়াম্না হেন্না ভক্তি লৈজবা মুহম্মদ সন্টসিং

মখোয় কনা অমত্তনা পরমেশ্বর মহাকপু শকখণ্ডখিদে
খণ্ডখিদে খণ্ডখিদে মখোয়না অশেংবা ধর্ম্মগী মরমদা।
ঙম্লোই ফংবা করিসু অতোপ্পা আশা থম্লগা;
থম্মোয়দা য়াওরিবা আশাবু থমজৌ অমত্তা ওইবা পরমেশ্বরদা।
ফংলোই করিসু কান্নরোই আশা তৌদুনা অতোপ্পদা;
থম্মোয়নুংগী আশা পুন্নক থমজৌ মাগী ম ফমদা।

* * *

মীওই লখা খরনা পুন্না পারি পুরাণবু;
অচম্বা মীওই কয়ানা কুরাণবু থীরি লেপ্তুনা!
লাইরিক পুন্নমক অসিনা কান্নরোই করিমত্তা পোলোইদা,
কনবিরোই কনাবুসু অশি খোঙ্গাও য়ৌরকপদা।
শোঙ্লোই করম্না ইচিন-ইনাওশা, তোয়না মহাক্কী মিংলেনবু
অরোইবা মীৎকুপ্পা য়ৌরকপদা নহাক্কী নতেংবু পাংলদৌরিবা?
শেংদবা ধর্ম্ম অদুবু খল্লু অন্ধবিশ্বাস ওইনা,
অদুগুম্বা ধর্ম্মনা নঙোন্দা কান্নবা ওইরোই করিমত্তা।
থৌরমসিগীদমক্তা শেন্নকখি ঐবু পরমেশ্বরনা;
তাকপীরদুনা ঐঙোন্দা অথুপ্পা ৱাফম অসিবু,
মহাক্না থারকখি ঐহাকপু সংসার মপূংয়ায়সিদা।
মীপূম থুংনা তাহন্নি ঐহাক্না মহাক্কী মপাউবু।

* * *

শোঞ্জগে লেপ্তুনা ঈশ্বরগী মিংলেন
ইথৌদা চাওখৎপা ওইগনি।
ইমীৎ অনী উইশিঞ্জরোই,[১]
মপানগী তৌসিন্নবা য়াওজরোই।

* * *

ধর্ম্মগী ফিজোল থোংদুনা সংসারসিদা তাইবংমীবু নমথদুনা থম্লিবা মখোয় অদু,
মমৈদা অশিবগী কাতিনা চপ্পরনি, অদুগা পুথ্রনি ময়ুমদা নরক্তা

[১]ভারতকী ফকির খরনা তৌবগুম্না

সংসারদা শক্লোল উৎলিবশিং
নুংঙাইরি মখোয়দুনা চাংজৌ নাইদ কোকথোকপদা অতৈশিংবু।

* * *

শেংদবনি, পৈশা অঙাওবী অমা কান্নদবনি, ধর্ম্ম অদু
মখোয়গী, নাতোন মেশ্লিপ্লে হায়রগা সোর থিংবা তম্লিবা।
সেংদবা ধর্ম্মবু চৎলিবা সংসারদা
তারগনি মখোয়দি শোয়দনা কোমদা নরক্কী।
মথম্মোয়বু খক ফাথবা ঙমজদ্রবা মহাক্তি
য়ৌবা ঙমলোই স্বর্গবু ঈঙ্গিৎ-ইরাং তৌবনা।

* * *

পরমেশ্বরগা মনাইগা অমত্তনি মখোয় অনী-অনীসিগী মরক্তা খেন্নবা লৈ খনগনু—
ঈমায়দগী থোকপা ঈথক্লা ঈশিংদা অমুক তিনবনি।

(৭)

ঐবু পোকলিবা পষ্টৌনা নোংপোক মায়কৈদা লৈকোয়খি
লাইজ-ঈচায়থজখি তীর্থ মফম কয়াদা,
য়ৌরবদা মহাক্লা ত্রিবেনী (প্রয়াগ) তীর্থদা
লেঞ্জখি মতম মহাক্লা পুন্যগী থবক তৌদুনা দান কয়া তৌদুনা।
মফমদুদা ঐ অসে হুনখি শিয়োমনুংদা চারবু।
তাইবং খোঙদারবনা পটনা কৌবা শহরদনি,
তুংদা পুরকখি ঐহাকপু পঞ্জাবতা,
মফমদুদা থুংলগা য়োকচবী মখল কয়ানা লুনা ঐবু তৌবিখি,
নীংথিজনা য়েংশিনবিখি ঐগী হকচাং অসিবু।
ফংজখি ঐহাক্লা শিক্ষা তোঙানবা হীরম কয়াদা।
য়ৌরকলবদা ঐহাক্লা ধর্ম্মগী থবক পাঙঙম্বা চহী মতাং
ঐবু পোকপা পষ্টৌনা পরমেশ্বরগী শহরদা লমদনখি।

(৮)

উমংদা কোয়না চত্তুনা ফাখি ঐনা শা কয়া

হাৎখি শওম, নিলগায়, শজী, শবেঙ কয়া
থাদোকলম লমসিবু কোন্নথংদা
লাকখি গোন্টা শহরদা অমুক।
নুংঙাইনা লেঞ্জখি মতম কালিন্দ্রি (যমুনা) তোর্বান্দা,
মখল কয়া কয়াগী কুম্মৈ য়েংখি নুংঙাইরবা।
মফমদুদসু খন-খন্দুনা অচৌবা হাৎখী নোংশা কয়া.
অমুকসু শাদানখী নিলগায়, শওম কয়া
নিংথৌ ফটেহ শাহনা শাউখি ঐগী ইথক্তা
মরম লৈতা অসুম্না খুৎথোক্নখি ইবানী।

(৯)

গুরুবু থাদোক্নুনা চৎপ্লবশিংদি
হন্দক মপোক্তসু হয়েংমুক্কী মপোক্তসু ময়ুম লৈফম লৈররোই।
মীপুম খুদীংনা নোক্নরগনি মখোয়বু, লৈফম লৈররোই মতুংসিদা
আশা পুম্বা মাঙপ্রনি।
অবাবা, অরাম-খৌরাং মৈচাক্লা চাক্লনি
সন্টকী সেবা থাদোকপশিং।
তৌরুবা অমত্তা মখোয়না মায়পাকপা লৈপ্পরোই সংসারসিদা,
অরোইবদা শোয়দনা নরক্কী কোমদা তারুনি।
গুরুগী চরন্দগী মায়ওন্দুনা অতোপ্পা মায়কৈদা চেন্নখিবশিং,
হন্দক্কী মপোকশিদসু হয়েংমুক্কী মপোক্তসু মমায়দা কালী তৈরনি।

* * *

বাবা নানক অমসুং বাবর অনীমক্কী উত্তরাধিকারীশিং
পরমেশ্বরনা শেম্বনি।
অহানবগীসিবু খণ্ডবিয়ু নিংথৌ ওইনা ধর্ম্মগী,
অকোনবগী অসিনা নিংথৌ ওইনা লৈবাক্কী।
বাবরগী তুংদা লাকপা মচা-মশুশিংনা লাঙ্গোয় চন্দুনা মুম্লনি।
গুরুগী মরল পীথোক্তবশিংদগী।

* * *

গুরুগী চরনবু নুংশিজবা মখোয়দি
অবাবা মশক খক খঙলরোই।
সম্পত্তি, দিব্যশক্তিনা মখোয়গী ময়ুমদা লৈতেংলনি,
পাপ অমদি অবাবনা মখোয়গী মমিফাও নেৎলরোই।

* * *

তোল্লবা য়েক্লবা মহাক্না করি তৌবা ঙমজরনি মরূপশ্না
শেন্নবিরিবা মঙোন্দা?
মমি ফাওবা শোকপা ঙমলোই মহাক্কী; অপঙবা মহাক্তো থবায় থাবনা হানগনি।

(১০)

সর্ব্ব-মৃত্যুনা কনবিরি মহাক্কী সন্টশিংবু;
নৈহত্তুনা মাঙহনবিরে মহাক্না পাপ চেনবা পূন্নমক,
উৎপীরে মহাক্না অঙকপগী অঙকপা মক্তা মহাকপু নীংজবা সন্টশিংদা,
কনবিরে মহাক্না অবাবদগী মখোয়বু।
খঙবীদুনা ঐহাকপু মনাইনি মহাক্কী তেংবাংবিরে ঐঙোন্দা;
খূৎ তিংথোকপিদুনা কনবিরে ঐহাকপু।

# নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী
# ফোঙলবা লাইরিকশিং

বারীমচা ঃ **পুন্সি মুর্ত্তি** (খোমজিনবা) ১৯৬৪*

**লৈচিল্লক্কী থাজ** (অইবা ঃ শ্রীবীরেন) ১৯৬৬*

শৈরেং ঃ **লাই অমগী বিন্দু** (খোমজিনবা) ১৯৬৬*

**মোনালিসা** (অইবা ঃ তোকপম ইবোমচা) ১৯৬৮*

**অপাইবা থবায়** (অইবা ঃ থাংজম ইবোপিশক) ১৯৬৯*

**রুবায়ট** (অমব খযামগী, হন্দোকপা ইবেং বীজয) ১৯৭০*

**অতোপ্পা খোঞ্জেল** (খোমজিনবা) ১৯৭৫, ১৯৯৩

**খৌগংলেবা লমলেম** (টি এস এলিয়ট - হন্দোকপা এল জযচন্দ্র) ১৯৯৩*

উপন্যাস ঃ **হজ্জ** (অইবা ঃ পাচা মীতৈ) ১৯৯০*

ড্রামা ঃ **পোক্তবী** (অইবা ঃ মহাকবি অঙাংহল) ১৯৮৭

**সখারাম বাইন্দর** (বিজয় তেন্দুলকর - হন্দোকপা এন দামোদর) ১৯৯৬

নৈনবা ঃ **মণিপুরী লোলগী বানান** (খোমজিনবা) ১৯৬৭*

**ডা. কমল নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৮২, ১৯৯২

**মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা** (খোমজিনবা) ১৯৮৩, ১৯৯৪*

**মণিপুরী সাহিত্যগী পরম্পরা** (খোমজিনবা) ১৯৮৬

**অঙাংহল নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৮৮

**নরেন্দ্রজিৎ অমসুং নবদ্বীপচন্দ্র নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৮৮

**খ্বাইরাকপম চাউবা নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৯০

**বঙ্কীমচন্দ্র নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৯২

**মীনকেতন নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৯৭

**জি. সি. তোঙ্ব্রা নৈনবা ৱারেং** (খোমজিনবা) ১৯৯৭

---

*য়োন্নবা লৈত্রবা লাইরিকশিং